# ঝাশক

( ডিটেকটিভ্ উপন্যাস )

ইজবা

রঘুমণি শর্ম্মা

ই পুস্তক অইবগীনি ]

[ মমল লুপা ১.৫০

কোংজবা

জি, মণিহার শর্ম্মা

অহাঙ্বা নম্বা :—

কোপি ১১০০ জুন ১৯৬৪ ইং



নম্ফম :—

বিজয় প্রিন্টিং ৱার

পাওনা বাজার ইম্ফ

ডক্তর অতনা অসুম্না। ডাইহ'ক্ যেংলবদা, করিগুম্বা য়াম্না তম্থীনা হ'রব। রখল অমগী খুদোংথীবব ঈপ'ক্তা ৩ উবতুনা স্বর, মিতুল পুম্নমক্ থোপ্লিহুনা খঙহৌদনা অসুম্। স্বাজ'ও বা'বু আশবগী খযাম্ব তারিবনি-ঙ যব যাম্না মুম্ন খঙ্লতুন শিবে হায়দন মতুক্ হ'ইরতুন ঈঙ্গিতনা থমদ খঙ্হল্লক্লে! স্ব'জ ও ব'বুনা অসুম্ন ইখঙ্-খঙ্হোদন। শিনথ্বাস চল্লবদ অচুক্প, চিনবা অমসুং অরব। রখলদা লুপ্রতুনা মক থক্থবক্প মক্তদ টেবল মথ'দ টেলগ্রা'মগী চে অমা চতুন লৈরম্বা উববদ ডক্তর অতনা মতু খুনগাংলগা ল'উনা পা বকই। টেলিগ্রাম অতুগী মবেল'দ আসি'ন:—

“পা বু! এনা। থগুদগী থেল অতু পুতুন হল্লক্পদা লম্বী'দ রঘুব চ'কুনা মুন্খ্রে!”

“সরোজিনী”

ডাইহ'ক খল্লগা ডক্তর অতুনা মবদ হ'য়রকই,—সরোজিনী, আসি কনানে?

মবুনা খুম্মকই—স্ব'জ'ও বাবুগী মচা নুপীনি।

ডক্তর-টেলিগ্রাম্ আসিগী মরিদা করম্ব অখুম্বা রা লৈবিবগে?

ডাইহ'ক্ র'খল তৌবগা শক্ফম্ হাঞ্জিল্লতুনা মবুনা তপ্না তপ্না হায়রকই,—ঐখোয়গী কারবা'রগী অচৌবা মশা অমা কলিকাতাদা লৈ। মফম্ অতুদগী লুপা' লক্ষ অমা পুরতুনা হল্লক্পদা লম্বীদা, মাগুদগী খরা হেন্দেরক্পা মক্তদা ডকু অমনা ঐনা তেংলিবা মোটর-কার অতুগী মমাংগী যেংথংবা চাকাগী টা'ইয়ার কাপ্থায়রগা অয়াউবা

শেল্ পুন্নমক্ মুন্খি। ডাকু অদুনা চৎলম্দাইদা অস্মুন্না হায়রমই, "মধু! ফিমু শেৎপ', ফিমুন' খদাংচেৎ লাক্পা ঐবু খঙ্বব'? নংগা স্নাজাওগা নখোয় অনিগী শেল মুল্লগা মুংঙাইনা পূন্সি লেনগে খন্দুনা নখোযবু কুপ্পা শেন্নরক্পা মতম্ কুইবক্লবা রাঘব ডাকুনি! অদুবু ঙসিদি নহ'ক্ নখোঙ্না থোংনা লাক্চদুনা তরাম্ তর'ম্না শেল অসি পীরবসিদ' ঐ পেল্লে। ঐনা হায়রিবসি স্নাজ'ওদা রাতৈ অমত্তা চিৎথদনা তয়ু গদবনি।" ঐন' য়ুমদা থুংলব' ন্নুমিৎ অদুগী অহিং অদু মক্তদ' ইখঙ্-খঙ্হৌদনা ঐখোয়গী গুদাম মৈ চাক্খি। কনবা ঙমহৌদদুনা 'গুদাম্ তুম্না মৈ চাক্খিবনা লুপ' লাক্ষ কযা মাংলে। অদুগা মীগী তুকান অমত্তু চাক্খ অদুন্ লাইবক ফবদগী তুক'ন অদুদি উচিন-নাচিন্ন কল্হৌই। লুপ লাক্ষ অমগা মখাযগী পোৎ মংখি। মৈ চাক্কুনা মাংখিব. পোৎ শং অদুগী মমল পীদবা য়াদে। থংনবা অযুক্ত। মশাক্ খঙ্দবা নিপ মচা অমনা তামোদা (স্নাজাওদা) চিঠি অমা পীরমই। চিঠি অদু আসনি, যেংবিযু।

অসি হায়রদুনা মহাক্ক' পকেট্তগী চিঠি অমা লৌথোক্লগা ডাক্তর অদুদা পীরে। ডাক্তর অদুনা চিঠি অদু লাউনা পারক্ই। চিঠি অদুদা অস্মুন্না ইরি —

ঐগী মুংশিজরবা মকপ স্নাজাও অমসুং মধু নখোয অনি ওরাং নোংযাইদা গুদাম্ মৈ চাক্খিবা অদুদা য়াম্না রারম্লগনি। মত্তোম্তা হৌদুনা চাক্খিবা নত্তে; গুদাম্ মন্তুংদা লৈব' পেট্রোল য়াউবা ড্রমশিং অদু হৈদোক্লগা ঐনা মৈ থাবনি। অদুগা নখোয়দি হৌজিক্ ফাওবা নখোয়গী ট্রেজরী হাংলে হায়বা খঙ্দ্রি! ঐনা

নখোয়বু মরুপ্পি খন্দুনা নথরায়দি কনবিরবনি। ট্রেজরীদা লুপা লিশিং মরিকুতরাহুংদোইগা চামগা থক্ যাউরমই। ঐনা হায়রিবা অসি মাজাও নংডোন্দা লৈরিবা ট্রেজরীগী শেল মাংদবনিনা থাজরমদবা য়াই। শেল য়াউদনা হাংননবা ঐগী খুৎলাই মখল কয়া লৈ হৌজিক্কি নখোয়গী নফমদগী ফংনিংবা পুন্নমক্ ফংলবনিনা ওসিদগী ঐনা নখোয়বু থাদোক্পিরবনি।

নখোয়গী
“রাঘব ডাক্”

মধুনা ডাক্তরদগী চিঠি অতুলৌশিল্লগ চঠরকই, — চিঠি অসি পারগা ট্রেজরী হাপ্‌না যেংবদা করিমত্ত যাউরদে ; ইহাং হায়লমই ! মতু উবদা ঐ ইথক্ চক্রুতনা অহানবা ট্রেজরী অতু মুন্না যেংই। খুদক্ অতু মক্তদা তামে খওহৌদনা রাম্থি। খুদক্তা ডাক্তর কৌহুনা হোৎনবদগী তামে জ্ঞান তাবকপনি অসুম্না ঐখোয়গী লুপা মযাম্ অসি মাংখ্রবনি ঐখোয়না মহাজন থরদগী শেল যাম্না পুশিল্লগা কারবার চাটথংনবা হোৎনখ। ঐখোয় অরাবা তারবসু মীগী মশেলদি শিংদরু যাদবাননা কলকাত্তাদা লৈবা ভুকান অতু যোম্ব্রেরবা টেলিগ্রাম তৌখ্রে ভুকান পুন্নাক্ যোল্লবসু মীগী শেল শিংবা কোন্নদবনা তামোংগী সম্পাত্তি ফাওবা চংথব তাবরন। অরাবা মতম্ অসিদদি মরুপ মপাং অমত্তসু লৈত্রে ! মীগী শেল শিংবদা থজিক্কং মতেং ওইরবসু হায়গুনা তামোগা তান্নবগা সরো-জিনীবু ঐখোয়গী অহল ওইরবা কেশিয়ারগা লোইননা লুপা লিশিং কুন্দং লৌরুনবা মাওদা থাখিবনি। মফম্ অদুদা ঐখোয়গী কারবারগী

মশা মচা অমা লৈ। চহি মঙাগী মমাংদা মাঙদা ছুকান মচা অমা তেক্ তেক্ ফমতনা লৈরম্বা মণি কৌবা মৈতৈ মচা অমদা লুপা লিশিং কুন্মঙ'দং থা'দত্তনা কারবা'র হৌহন্থি। কারবার অদু চহি খুদিংগী য়াম্না চাউখৎলক্লে। সরোজিনীনা মণিদগী শেল অদু পুত্না হল্লক্পদা লম্বীদা মুন্থ্রে হায়রিবা অসিনি।

× × ×

থংলবা মুমিৎকী মুমিদা'নি!

মধুগা সরোজিনীগা কা অ'দা ব্র'রী শা'রি সরো'জিনীগী শক্তমবু কনাগুম্ব' ল'ইযেক্পন মশৌনা মরৌ'শং পুম্নমক্ শিজিন্নত্তনা মপুক্লিং অনি লো'দনা য'ম্না চ্যেকশিন্না টু'ব মখল কয'গী নতে' লৌরগ' ফনা নিংথিজনা যেকপদা নত্রগ কন'গুম্ব' বিশ্বকবিনা মশ'গী হৈনজরবা কল্পনাগী মতেনা ফজবা ব্রহৈ কয়ানা লৈতে'লত্তনা ইবদা মীওইবগী থম্মোয় শুক্লাংলবম্ম ম'গী অশেবা শক্তমদগী ত'গদবত্তনি। পাঠক!/করিগুম্ব' নহাক্না কন'গুম্বী অনবু অচ'ন্ব' উবা মিংকুপ অত্তমক্তদা খঙহৌদনা থম্মো'য শুক্লাংখ্রবদি, মহা'ক্ অদু সরো'জিনী'ন হায়বা খঙ্বিবু! অত্তবু চসি ম'গী নিংথিজবব মাইথো'ং লাংশিন্নবম্ম মত্তুন, শরৎ পূর্ণিম'গী থাজগী মা'ইথোংদা কা'রিবা মা'ইহি'না ফজবগী লৈতেং ওইদুনা থো'ইনা হেন্না ফজবা হেনগৎহনবগুন্ চেন্ন' নি'খনা ফজবা হেনগৎহল্লি। মধু অনম্ম, সরোজিনী মখো'য় আনন শরিবা ব্রারী অসি মপুং ফানা তমদুনা পাঠকী মমল য়'ন্নবা মতম্ অরেপ্পদা মাংহন্জররোই; লমথাংদগী তমজরগে। মিৎলু নাপোম্দা পী ঈরা

চেঙ্গন সরোজিনীন হায়রকই, — কাবনার অসিবু হয়েংদগী মীগী শোইদনা ওইখ্রগদ্রা ?

লুংশা মগী অমত্তং শান্না তেন্দোক্লগা মধুনা নিংবা কায়বরা নিংথেনা সরোজিনীবু মুন্ন য়েনগ্লনা হায়রকই, — কাবনার অসি ঐগোয়গী খুত্তগী নাপ্তোকখিদনবা। অতোপ্পা উপায় লৈত্রে ঐনা যাম্ন রাবিবদি ইশাগীদমক্তা নত্তে, নহা ওইবনা নচিল-নোপরা নখোয় অনিনা ওইগদৌবিবা ফিভম্ থাসন নখোয়গী সম্পত্তিদি কাব-বাব নীথুং চন্খনগা লেইননা চংখ্রগনি। অত্তগা নখোয়গী অরাবা মতম্ অসিদ ঐন নখোয়গীদমক্ পম্মেন্ তিবস্ত ভত্রেইদৌবি। কারগুম্বা ঐনা নখোয়গী নতে খরদ পাব চন্নবদি অমেগী লমন্ শিংবা ভম্নদ্নি! অত্তগা অমোগী অখাস্ত শক্তি থগদনি। মতুংবু ঐস্ত—

অরাব রাগল কয়না থম্মোয় খুম্নাংলক্তুন মহক্ র ভাংবা ভম্নক্রে! নক লুকথবত্তনা তুম্মন্না লৈখ্রে

সরোজিনীনা য়ান্না চিংননা হায়কই—তানোদি লইবিক মথা অমুক তমথবা ভম্নরোইদ্র ?

মধু—শেল লৈতবনিনা তোকপা তারেদনা !

মমা মশক্ খত্ত্জাহে দবন হায়রেনা মাবু য়াম্না লুনা-চান্না যোক্-পিবম্ব মপানু ইখত্ খত্তেদনা সংসার রাম্মা লান্থিবগী খাভমদন অর-নৈচাক্ ফললবী সরোজিনী সম্পত্তি মাখ্রগনি হায়বগী থেইদেরু অরব লৈতে সম্পত্তি নংখ্রবস্তু কারগুম্বা মপাবুং হিংলম্বা খেক্লবদি মগী লুশিজরব মবুং মান, থুনা লাইবিক তমথবা ভনখিগদবনি হায়ন থল্লুবদ। নৌজরিবী মাগী পোৎলব। ৎস্মোয়দা

খঙ্‌হৌদনা অরাবা রাখল কযা পোব্রত্তুনা নৌচৌননা কল্লক্লে। কবম্বা রাহৈনা মাগী লকান্নুংদা ওম্‌তুনা চাক্লিবা মৈচাক্‌ অদু মুথৎকদগে হাযবা খঙ্‌বা ঙম্‌দ্রতুনা মধু সবোজিনীগী অরা-মৈচাক্লা কাহৎলবা মাইথোং অদু মুন্না যেংলকই।

মতম্‌ অসিদা সবোজিনীগী মবুং চন্দ্রকিশোর কা অদুগী মন্নুংদা চংলক্লগা মখোযগী মাংদা লেপ্লরে। মতম কুইনা মত্তাক কলিকাত্তাদা লাইবিক্‌ তম্‌তুনা লৈকবনি। মপাবুং নোঙ্গাখিবগী টেলিগ্রাম ফংগা মপা কাযনা মৈচাক্লা লোইননা মযুমদা থুংলবগা কারবার মীগুং চনখ্রগনি হায়বা খঙ্‌লবদা তমথিনা রাহব চন্দ্রকিশোর নিংবা কাযনবা মিৎযেংনা মচল মুপীনু যেদুন লেপ্লি মত্তাক্ল মধুদা হংলকই — খুরা! এখোযগী কবরার অসিবু মীগুং চনখিদনবা কবম্বা পাম্বৈ লৈরিবগে?

মধুনা মংক্‌ হাইবতুনা খুম্লকই,— উপায লৈতে।

চন্দ্রকিশোর—উপায লৈত্রব। অদুগা বেঙ্গদা শেল খজিক্তম্ম লৈত্রববনে খুরা?

মধু—লুপা লাক্ষ মরি লৈবনই মতুদগী লাক্ষ শতম্‌ লৈথোক্লগা শুইজবা পোৎ খরা লৈশিনখি। মদুম্ম গুদাম্‌ মৈ চক্‌পদ যাউখ্রে। অদুগ লেমহৌবা অদুনা নবদ্বীপ সিংহদা শিংখ্রে। মতেংন্দা শিংথিবা শেল অদু থাজনবগী মতুং ইন্না কবিংদু ইনদনা পুকবনি।

রাহৈ অসি তারবদ চন্দ্রকিশোর শাউবনা লুতোন্‌ কাখিতুনা মাগী মমিৎ অদু ঈগুম্‌ ঙাংলক্লে, মশা থক্‌-থক্‌ নিব্লক্লে। অংন্‌ খুম্নিবনা মৈরিগী শঙম্‌ লোইরতুনা, অংঙম্‌দব মপা কযনা মৈচার

ৱানা খা'ডুনা লৈতৌরি হায়বত্তনি কাউবিগন্নুকো ইমা ! কায়নরসিকো
—চৎলোকো ইমা !"৷

অসুম্না মচাশি না কয়া তে'থাডুনা ৱাকৎলকপা তাববদা খা'ডম-দবা মচাগী লৈচা'ক থম্মোয়দা ওমডুনা চাক্লবী সন্ধ্যা লাইরেম্বী পৃথিবী থাদো'ক্লুনা চৎনিংদবনা তুং হন্না হন্না য়েংলডুনা খোঙ্গেল থোক্লুনা তিক্লা হিক্লা কপ্পদা মিৎলুদগী অতং-অথম লৈতনা চেন্ন-রক্লিবা পী ম'রক-মাবক মালেমদা লৈথৎক্লুনা ঊনা ৱানা মথক্তা লিক্লাগী শক্তম লৌডুনা পোপ্-পোপ্ তা'বক্লে ! অসুম্না সন্ধ্যা রাণী খরা চৎলগা অহাংবা অতিয়া মালংদা তপ্পা তপ্পা কাখৎখ্রে। ৱা'লবা নোংদোল থক্তা লৈচিন্ খোঙ্নেৎনরডুনা লেপ্লগা মালেমদা য়েংথরক্লে। মচাশিংগী মফমদগী বিদায় লৌরগা খোঙ্ফম অমত্তং থাংদোকখিবগ লোইননা হুংশি হৈতবা লৈচিন্ অমনা য়ুখল ওইডুনা সন্ধ্যা রাণীবু খন্জিনখ্রে। অসুম্না মহাক চৎখ্রবদা লৌনম্ চাউবী অমম্বা লাইরেম্বীগী তনথীবব' মায়ানা মালেম শিন্-থুংন কুপশিনখ্রে। মমা ক'য়নরবা সন্ধ্যা রাণীগী মচাশিংবু মহাক্ত অপাম্বা, মিহৌবা কয় উৎলডুনা থেমজিনবা হৌরক্লে। অডুবু সন্ধ্যা'দেবীগী মচা পূম্নমক মাগী মাগী খা পে'কশভ্দ চংলগা অমম্ব লা'ইরেম্বীবু মালেমদগী তাম্থো'কপিডুনা জীবগী অৱাবা কে'কঙনবিয়ু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা ৱাকৎপ' হৌরক্লে। অমম্বা লাইরেম্বীগী হিংসাদা ময়াই ক'রবা মচাশিংনা মমাগী মতেং লৌরডুনা অঙকপা ফংনা ওৎ-নৈরক্লবদা থাংবা ৱারডুনা সন্ধ্যা রাণীগী মচা পূম্নমক্ত পুক্লিং লিচিং অমত্তা ওইনা তেংবানবা মপুগী মফমদা 'মালেমদা শান্তি পীনবিয়ু' হায়না হন্না হন্না হায়জরক্লে।

মখোয়গী রাকৎ অদু তারবদা শাস্তিগী তুংনফম ওইরিবা থাজনা অমুক নিংঙাইদনা লৈখোকপা ঙমদ্রবদুন', মখোয়গী অরাবা কোকপিবা মতম ওইরে খন্দুনা নোংপোক পাংবা অতিয়াদগী তপ্প-তপ্পা খোরক্কুনা মাগী ঈংলবা মঙাল অমদি মেংলবা মশেক্লা মালেমদা শন্দোকপিদুনা শক্লোন পুবী অমম্বা লাইরেম্বীবু থরদং তান্থোক্লদুনা মরালগী মতিক চাবা চৈরাক পীবা হৌরক্লে।

মতম অসি ফাওবদা চন্দ্রকিশোর লাকপা উত্রবদা সরোজিনী নিংবা কায়বা অমদি চিংনবা রাখল কয়াগা লোইননা মাগী কাদা চংখ্রে। মহাক টেবিলদা মখুৎনিঙ্ শোরগা মচুবা মেৎলদুনা চেয়ারদা ফাম্লে।

মতম অসিদা হোটেল অদুগী মেনেজর ইবোপিশক কা অদুগী মনুংদা চংলক্লগা মাগী মনাক্তা চেয়ার অমা তপ্পা চিংশিল্লগা ফম্লে। চংলক্লিবা নিপা অসি চহি কুন্মঙারোম শুরবা পাখংনি। মহাক্না সরোজিনীগী র'খল অদু থুগায়রদুনা হায়রকই,—সরো! ঙসি চন্দ্রবাবু লাক্কনি হায়নরিবা অসিবু অচুম্বরা?

মবুং লাক্লবদা চিংনবা রাখল কয়ানা চমম্লরবী সরোজিনীনা মশাগী অরাবা মহাকপু খঙ্হল্লিদবনা নে'কশিন্নরদুনা য়েংলি। মহাক্না ফনা খঙ্হল্লিংদ্রবস্তু মাগী মাইপোংদদি অরাবা রাখলগী মমি তরি। মহাক্না হায়রকই—ঐখোয়গী তামো ঙসি শোইদনা লাক্কনি হায়না চিঠি থারকই। অদুবু করিগুম্বা লম্বীদা—

ইবোপিশক্না রা ময়াইদা থৎলদুনা হায়রকই,—নত্তে, চিংনগনু! চন্দ্রবাবুনা লম্বী-লমখাংদা খুদোংথীবা ফংলমগনি হায়বা ঐ থাজবা

ভমদে। মতুদি ওইথোক্কনি! মহাক্কি ইন্সপেক্টরনিনা করিগুম্বা থাদোকপা য়াদবা য়াম্না লুবা কেস লৈতুনা হয়েং চৎলগে থন্দুনা লাক্কবা ওইরমগনি নত্রগা অথেংব' গাড়ীদা লাকপম্থ য়াই।

রাহৈ অসি তারবদা সরোজিনী চিংনরম্বা পূম্নমক ময়েং তারক্লে; অদুবু মবুং উম্ননিংবগী ঈফুৎতি তত্তনা মাগী থম্মোয়দা ফাওরক্লি। ইবোপিশক অমম্থং সরোজিনী অমুক রঃ মচেৎ অমত্তা ভাংনখিদ্রে মিৎকা মিৎকা, থম্মোয়গা থম্মোয়গা শিন্নরতুনা নুংগী মূর্তিগুম লেং-খোৎ-খিদ্রে! ভাইহাক লৈরগা ইবোপিশক্কা সরোজিনীগী থোৎলবা খুৎশা অদু পায়তুনা অম্তম শা'ন্নরম্বদগী তপ্না তপ্না 'চ'শিল্লগা থম্মোযদা চেৎনা কোন্-শিন্খিবা অদু উরবদা থাজ ঈকাইরতুনা লৈচিন্ মরুমদা লৈশিন্খ্রে।

× × ×

সন্ধ্যা মতুং থরা থেংথনা চন্দ্রকিশোর অশোক হোটেলদা থুংলরে। সরোজিনীগা ভাইহাক রারী-রাতাই শাতুনা ফম্নগা মহাক্কা হায়রকই, —সরো! ঐ মী অমত্তা উম্নরুখিগে।

মবুংনা অহিংদা চৎথোক্কনি হায়বা রাহৈ অসি তারবদা সরো-জিনীনা য়াম্না চিংননা হায়রকই,—তামো! মফম অসে মমাংভৈদগী য়াম্না হেন্না হুরান্-চিন্থি কল্লতুনা মী পূম্নমক নুমিৎ হেক তাবগা ভয়া মাগী মাগী ইমুংদা থোঙ্ চেৎনা লোন্দুনা লৈনরে! হয়েং অয়ুক ভন্না চৎপিরো।

নোক্লতুনা চন্দ্রকিশোরনা হায়রকই—অদুগী দমক্তা নং করিগী চিংনরি? ঐনা লাক্লিবসি মফম অসিদা লাই শাতুনা লৈরিবা

ডাকুশিং অহু ফাননবনি। মখোয়বু ফাবা লাক্লিবা ঐনা মখোয়বু কিরুখিগত্রা ?

সরোজিনীনা মমিৎতা ঈরা চেল্লহুনা হায়রকই; — তামো ঐবু মুংশিবীরবদি ঙসিদদি চৎথোকপিগনু। খঙ্ হৌদনা ঐগী থম্মোয় অসে য়াম্না রারক্লে ! চৎপিশ্রু তামো !

চন্দ্রকিশোর—নত্তে, সোরো। ঐ চৎতবা য়াদে। ঐ অসে কনানো হাযবা নংনা খঙ্ লিবহুনি। ঐদি মিৎকুপ অমা ফাওবা নিংঙাইদনা লৈথোকপা য়াদে ; অরাবা, খুদোংথীবা, শিবা পূম্নমক্তা নোক্লা নোক্লা মাইযোক য়াবনা ঐগী ইখোনি।

রাহৈ অসি ত'রবদা থ'ম্বা য়াররোই খঙ্ লহুনা সরোজিনী রা ঙাংখিদ্রে ; তুম্মিন্না লৈখ্রে। চন্দ্রকিশোর মচল মুপীবু চি'নবা কোকহল্লম্নগা কা অহুদগী থোকখ্রে।

মহাক হে টেলদগী থোরক্লগা চীংগী শুক্লবা উমং-রামং মরক্তা খোয়ত্রিং-খোয়দ্রাং চৎ'খ্রব. লম্বী মচা অমগী মতুং ইন্দুনা চৎলি। খরা চৎলগা মহাক্ল উরে, লম্বী ময়'ইদ নিপা অনিথক রারী শারহুনা ফম্লি। মখোয়গী মনাক নকাশিল্লক্লবদা মখোয় অনি রারী শাবা লেপখ্রে অমসুং লম্বীগী চিদায় অনিদা হন্দোক্লহুনা লেপ্লগা মহাকপু শংত্রিক য়েংলি। অতিয়া শিন্না পারপ্না কুপাশিল্লিবা লৈচিন্ ফাওদোক্লুনা থাবলনা পৃথিবীবু মপুং ফানা ঙালহন্বা ঙমদবনা চন্দ্রকিশোরনা মখোয় অনি অহুগী মশক তশেং তশেংনা উবা ফংদে। মখোয়গী মনাক হেক য়ৌরকপা মক্তদা খঙ্ হৌদনা মখোয় অনিগী মরক্তগী অমনা মহাকপু মতুংলোমদগী কোন্ শিল্লক্লে।

অহুবু হান্নবা শেম-শাহুনা লৈবনা খুদক অহমক্তদা চন্দ্রকিশোরনা নিপা অহুগী মখুৎ অনি তাপ পায়শিন্দুনা খজিক্তং লুকথরগা মুকতুনা লংবদা মনাক্তা লেপ্লিবা অতোপ্পা নিপা অহুগী মথক্তা তুশিনখ্রে। নিপা অনি অহুনা তুহুনা লৈরিবৈ, হৌগৎলকখ্রিবৈদা মহাক মফম অহুদগী লম অহুমলোম লাপ্পা চৎখোবক্লে।

মতম অহমক্তদা নিপা অনি অহুনা চন্দ্রকিশোর তম্না পিস্তল কাপ্লক্লে। উজাও অমগী মকমদ' চন্দ্রকিশোর য়াম্না থুনা লৈশিনখ্রে। মহাক উ মকমদা থুনা যান্না লৈশিনশিবনা মখোযনা কাপ্লকপ গুলি পূয়নক অরেম্বদা তাখ্রে। মতুংলোমদা খোকম অমত্তং হন্দোকখিবদা অকুৎপা অমা লৈরমহুনা খঙহৌদনা মহাক থরো থরো ওখ্রে। চন্দ্রকিশোর রান্থহুনা তাখিবা মফম অহুদগী খজিক্তস্থ লেংখিদ্রে

নিপা অনি অসি ডাকুনি!

ডাকু অনি অহু চন্দ্রকিশোর গুলিন' শোইদনা পানখ্রে খংনা হরাউবগ' লোইনন। খাক্ল-খাক্লা নোক্লহুনা উজাও অহুগী ম আম্বা চংশিল্লগা যেংবদ' কনাস্থ লৈরমদ্রে। যাম্না কুইনা মখোয অনি অসিদগী চৎতুন মহাকপু খিবা ফংদ্রবদ' মখোয় অনিগী মবক্তুম্নচা অসিনা শোল্লকই, ইন্সপেক্টর! নং ভাসদ শিনিংদহুনা লোত্তুন

নথরায় হিংলবস্থ ঐখোযগী খুত্তগী নান্তোক্কনি হায়বদি শঙ্ক্লুক গুণ লৈনা

শুক্লবা জঙ্গলগী চিক্লবা লোকন্থং অমদা প্রে চন্দ্রকিশোর মমংদা

ইন্সপেক্টর চন্দ্রকিশোর মতম্বাক্তা পম্লহুন' থমখিবন লকপদা কৈদৌঙৈদস্থ

থিবা ফংখিদবনি। হৈ-শিংলবা শ দানবগী মাংদ ৎপা ওমখিদ্রি। অহুবু

শজিনা শুক্লবা উমংদা খঙহৌদনা মাংখিবগুম মপুগী থোদা মতুং ইন্না

ডাকুশিং অহুগী মখুংতগী অস্নম্না নাম্লেকখ্রে।

৩

চন্দ্রকিশোর জ্ঞান তারক্রে। মমাংদা থোকখিবা থৌদোক মহাক্না নিংশিংনবা হোৎনরকই। চৌং লম্বী অমদা চৎপদ, খঙহৌদনা ডাকুশিংগা থেংনহুনা·········তুংলোমদা থরা হন্দোকপদা অকুৎপদা ওন্থবা পূম্নমক অহু নিংশিংলকলে। অহুগী মতুংদগীদি করম ভৌবগে হায়বা হন্না হন্না নিংশিংনবা হোৎনরবস্ নিংশিংবা থোকত্রে। মমিৎ পাংথোক্লগা য়েংথোরকপদা মহাক য়ুম অমগী নিংখিজরবা কা অমগী মোল্লবা ফমুংদা হিপ্লি হায়বা খঙলক্রে। খুযারোমদা য়েংথোকখিবদা উরে, নুপী মচা অমা খুয়'দা ফম্লহুনা মাবু লাইকম্নরি। চন্দ্রকিশোর পূম্নমক অসি উবদা ঙকপগা লোইননা নুপী মচা অহুবু মুন্না যেংলকই। ফজবা শক্তমবু থৌরাংলবা মাগী মিৎনা নুপী মচা অহুগী মাইথোং অহু

ন। মহাকপু মুন্না য়েংবা অহু উবদা নুপী ওইবগী হৌনবী নুপী মচা থোয়দ্রিকাইরহুন' লুকথখ্রে।

থরা চৎলৈরে পাম্বীগী মরক্তা মাধবীনা য়েৎশিনহুনা শেম্লিবা লতা-শারহুনা ফদা বীরেন্দ্রসিংহগী থম্মোয় শুক্লাংখিবা য়ুম্নক্তা শাৎলিবী শাবা লেপখ্রে মাধবী; জেলগী পূন্সিদা অরাবা রাখল কয়ানা মহাকপু শংত্রিঙ্কবদা কবি নবকুমারদা নুংঙাইবগী লংলবা মঙাল লৈচিন্ ফাওদোক্তুবা মেম্মা; জেলারগী মী উম্নফম চিক্লবা কাদা ঙমদবনা চন্দ্রকিশোরহুনা, চেয়ার অমদা ফম্লহুনা রাখলগী ঈরৈদা উবা ফংদে। মখোয়গী স্মোর শুক্লাৎপা মিৎয়েংনা মুন্না য়েংলহুনা মখোয় অনিগী মরক্তগী াকপগী মাইয়োক লৈকোলগী পুখ্রী পপাল্গা

হৌরিবা লৈহাউ পাম্বী মথোওদা লেপ্লিবী, পারিগী থম্মোয়দা থোবুম চীংবু কোল্লিবী লাইরেম্বীমক্কা হায়না খনখ্রবী, খোবুম চীংগী খুল-লাকপগী অমত্তা ভাইজরবী মমোম চংনিংখোম্বী ; চীংদা হোবী লৈরাং লৈপান্না তমগী পামেল মউদা তাংজফম ফংখিবা নোংদোন 'থক্তুগী উরবদা হরাউ মথোই কারতুনা মপুরোইবগী মফমদা য়েংবিয়ু হায়জ-রিবী, মীরম্নেনদা লৈরিভৈদা সতি ধর্ম্ম মাংদনবগীদমক্তা তন্নাবা কয়া থাংখ্রবী তমুবী ; মপাগী বন্দী ওইরব, জগৎসিং য়াম্না কন্না নারতুনা লৈরবদা ফমাংদা ফম্নতুনা রাখল অনি লোংদন', মক্তুবা থম্মোয়না থোদ'দা খৌনিজরিবী আযেষা ; মাইথীরব' ওরঙ্গজেবগী বেগম উদীপুরীবু হিদ'ক হালহনতুনা রাজকন্যাগী মতিক-মগুণ উৎতুনা লমন খুমখিবী, রুপনগরগী অহল ওইবব নিংথৌ বিক্রমসিংহগী মজা ইবেম্মা চঞ্চলকুমারী ; দৈতিক মিলনগী ঈথৌ লাংলবা শৈলেন্দ্রা পূর্ণিমাগী অহিংদা, তপ্ন-ঈংনা শিংলিবা নুংশিৎনা হুন্বদা ঈথক-ঈপোম মচা মচা হৌরিবা লৈকেলগী পুখ্রী অতুগী মপান্দা আত্মা মিলনগী অরাংবা থাক উৎখিবী প্রতিভা ; মথোয় পন্নক অসিদগী খুয়াদা ফম্নতুনা চন্দ্রকিশোরবু লাইকন্নতুনা লৈরম্লিবী নুপী মচা অসিনা হেন্না ফজব্রবসু মথোয়দগী তানা ফজবদি নত্তে !

করিগুম্বা চীংলৈবাক অমগী চিদায় অমদা অসুক গুণ লৈনা ফজরবী আসগুম্বী নুপী মচা লৈরম্বা য়াই হায়না চন্দ্রকিশোর মমংদা ফাওবা খনখিদ্রি ! মণিপুর শিন থুংনা চৎলকপদা কৈদৌভৈদসু অসুম্না মহাক্কী থম্মোয়বু ফজবা শক্তম্না শুন্ধাৎপা ভমখিদ্রি। অতুবু ভসিদি নোংদমখোম্না কনখিবনা লৈশেম্না মপুগী থোদা মতুং ইম্না

ব্রহ্মান' মাগী থম্মোয় জয় তৌননবগীদমক্তা অস্তুক নিংথিজরবী নুপী মচা অ'সবু শেগতনা থনম্লিবব'? নত্রগা চীংলৈবাক অসিগী লাই-রেম্বীনা শক্তম অসি লৌতনা লৈবম্লিবর'?

অস্তুম্না মণ্ডল মণ্ডল খন্দুনা ভাইহাক লৈরগা অচিকপা অত্ত থুগাযবতন' চন্দ্র'কশো'রনা হায়রকই,—এনা লৈরিবসিবু কদ'যদনো? অতগা নহ'ক্ত'............?

ঈকাইথিববী নুপী মচা অতনা খুম্লকই,—ম'ধবকী যুগনি ঐ মাগী মচলনি।

চন্দ্রকিশোবনা চি'নবা অমস্তং ঙকপগা লোইনন' অমুক হংলকই, —ঐ মফম অসিদা কবমতৌনা ·······!

নোকফেৎ তৌবতনা থম্মো'য় তুবা মিংযেং অমন' মদোন্দ' হাইফেৎ য়েংলগা মরু লুকথরতনা নুপী মচা অতনা খুম্লকই,—'সিদগী খরা লাপ্না লোকচপ মচা অমদা জ্ঞান ত'দনা তুতন লৈরমই। এনা চংশিল্লগা য়ে বদ' মতম অত ফাওবা স্বর মিতল থোইনা কায়রমদে। যুমদা লাইকম্লবনা ফগত্রা খনজতন' পুজবকপনি।

অহিংদা নুপী মচা অতনা কদায়দা চৎপদগী লোকচপ অতদা মহাক জ্ঞান যাউদনা তুতনা লৈবম্বা পে'নতনা করমতৌনা মফম অসদা পুরকলিবনো হায়বা খনবদ। চন্দ্রকিশোর ঙক্লতনা নুপী মচা অতবু মুন্না য়েংলকই।

ভাইহাক তুম্মিন্না লৈরগা চি'নবা রাশল অমন থুম্নাৎলক্লতনা নুপী মচা অতনা হায়রকই,—লেংবিখ্রো নত্রবদি করিগুম্বা ঐথোয়গী তামো হঞ্জিল্লকপন। হাল্লবনি খুদোংগীবা থোক্লবা য়াই!

চিংনবা লৈতনা চন্দ্রকিশোরনা হায়রকই,—এনা লান্দ্রবদি—নখোয়গী তামোনা করিস্ব তৌরগনি নিংদে।

তুংদা থোক্লগদবা খুদোংথীবা খনবদা মীপাইরবী সুপী মচা অত্থনা হায়রকই,—অত্থবু মহাক্তি মীসুংশি খঙদবা মীগী অরা অনা উরগা সুংঙাইবা ঙম্বা……করিগুম্বা মফম অসিদা লৈরম্বা কনাগুম্বা অমত্তবু তামোনা থেংনখ্রবদি কনবা ঙম্লোইদ্রা চিংনজে। মহাক লম অসিদা লৈরিবা ডাকুশিংগী লুচিংবনি। খরা থুন' লেংবিহৌরো।

চন্দ্রকিশোর—এহাক ইন্সপেক্টর চন্দ্রকিশোরনি। মঙোন্দগী হেন্না তমথীরবা ডাকু কযাগা মাইয়োক্লরকপদা মায়থীবা অমুক্তা ফংলকত্রি; মতুংদস্থ মাযথীবা ফংগনি হাযবা থাজবা ঙমদে। করিগুম্বা মাযথীবা ফংলবস্থ এ মত্থ নোক্লা-নোক্লা খাংবা ঙমগনি! অত্থগা মরাল লৈতনা মীবু নংগুম্বী থোজাল হৈবী কনাগী লাইবক ফবা মবুং কনানা ফনা তমথীববা ডাকু ওইত্থনস্থ অরাবা হেক্ত' পীরগনি হাযবদি ওইথোক্তবা রানি।

র হৈ অসি তারবদা খঙ্হৌদনা সুপী মচা অত্থগী লৈরাংগুম থোংন-ঈংলবা মাইথোং অত্থ ইমক মকশিনখ্রে। মিৎলু নাপোমদা পী ঈরা চেন্না মহাক্লা হাযবকই,—ইন্সেক্টর চন্দ্রকিশোর!

নোক্লত্থনা চন্দ্রকিশোবনা হায়বকই—অচুম্বনি। এ ইন্সপেক্টর চন্দ্রকিশোরনি। এ ইন্সপেক্টরনি হাযরগা নহাক মাযথোং লাংশিল্লিবা করিগনো?

মক লুকথরত্থনা সুপী মচা অত্থ রাখলগী ঙমখৈ নাইত্রবা ঈপাক্তা তাউরক্লে। ঙাইহাক লৈরগা মহাক্লা তপ্না হায়রকই,—ঙসি ইঙ্গাল-দগী সি, আই, ডি, ইন্সপেক্টর অমা লাকনি হায়বা তামোহোয়না পাও

ফংলদুনা অসায় মুংথিল হাৎননবগী রা তাম্নথিবা ঐ মুম্না তাঙ্গহৌই। য়ারিবমগৈ থুনা খুথোংথীরবা মফম অসিদগী চৎপিথিবনা ফরগনি।

মতম্ অসিমক্তদা খঙহৌদনা মাঙ্গোলদগী "বিনো !" "বিনো !" হায়না কৌরক্পা-তারবদা মুপী মচা অদু মবুং লাক্লে হায়বা খঙলে। মাগী মক্ত্রবা থম্মোয়দা মরাল লৈতবা অতিথি অদু মীনুংশি খঙদ্রবা মবুংগী মফমদা খুদোংথীবা ফংলগদ্রা চিংনরক্লে। "থোক্লবা অমা ল'ক্লগনি !" অমুম্না থল্লক্লুনা বিনোদিনী কা অদুগী থোঙ চেৎনা লোন্-শিল্লম্লগা চৎখিদুনা মপানগী থোঙ তপ্পা হ'ংদোক্লুরে। নিপা অহুম্ ইমুংদা চংলক্লগা চেয়ার অমমম্ চিংশিল্লগা ইকোয়-কোয়না ফম্লবে। মাধবনা মুপী মচা অদু য়েংলদুনা হংলকই,—বিনো ! ঐনা চৎখ্রিদ্রৈঙদা ক্রেহো লাক্লম্বরা ?

মুপীমচা অসিগী মমিং বিনোদিনী কৌই। অদুবু মবুংনা অয়'ম্বা মতমদ মহ'ক্পু বিনো হায়না হেক্ হেক্ কৌই।

বিনোদিনীনা য়াম্না থুনা খুম্নকই—লাক্লমই। মখোয়গী য়ুমদা তাঙোহোয লাকউ হায়রমই।

চন্দ্রকিশোর থোঙ-শোগী অহোবদা মমিং থম্লদুনা মখোয়না তৌরিবা পূম্নমক্ অদু মুম্না য়েংলি। নিপা অহুম অদুগী মরক্তা চীং লৈবাক অসিদা লৈরম্বা মখোয়গী দুকান অদুগী মেনেজর ওইরম্বা মণিমু য়াউরি হায়বা মহাক থঙল।

মণি অমম্তুং অতে'প্পা নিপা অদুবু য়ে'লদুনা মাধবনা য়াম্না শাউনা হায়রকই,—অচৌ ! নখোয়গী খুত্তগী ইন্সপেক্টর নাম্মোকথ্রিবা অসি নখোয়না চ্যোক্শিন্দবননি !

অচৌ—ঙসি নাস্থোকখ্রবস্থ ঐনা মাবু শোইদনা লোইশিল্লগনি ! মাগী দমস্কদি চিংনবিগনু। নোংশাগী মাংদা উচি মহাক্না কয়া কুইনা চেন্দুনা মথন্নায় হিংবা ঙম্গদগে ?

মাধব—মহাক নথোয়বু মশক্ খঙ্খ্রবরা ?

মণি—খঙ্খিদে।

মাধব—অদু ওইরবস্থ চয়োল অসিগী মনুংদা নথোয়না যেশা উপায় তৌদুনা চন্দ্রকিশোর হাৎতবা য়াদে। মপুনা থৌজিনবগা রাখল ইতৌ-তৌদনা কৈ মকোল তম্না হেক্তা চেন্শিল্লক্লিবা হুই অদুগী অশিবা হক্চাং অদু ঐ পামই।

অস্নম্না মথোয় অস্তুম ঙাইহাক ৱারী শারগা ইমুংদগী থোকখ্রে। মথোয়না চৎথিবগা চন্দ্রকিশোর মনুংগী কাদগী থোরক্লগা চেয়ার অমদা ফম্নরে। বিনোদিনীনা মনাক্তা চংশিল্লগা হায়রকই,—তামোনা চৎখ্রিঙৈ 'সিদা চৎপিহোরো।

চন্দ্রকিশোর চেয়ারদগী হৌগৎলগা বিনোদিনীগী মফমদগী বিদায় লৌরগা কা অদুদগী থোক্খ্রে।

---

৪

অহিং পুং নিপাললোম তারবা মতম্নি! মিৎকুপ থরগী মন্নুংদা খঙ্হৌদনা লৈচিন মপৈ অমা পাইশিল্লক্লগা অতিয়া শিন্‌বা থুংনা য়াম্না থানা কুপশিল্লরে। লৈচিন অদুনা মপুং ফারবা থাজগী মঙাল-মশেক অদুবু থন্‌জিনখিবনা মালেম অসি অমম্বগী সংসার ওইখ্রে। অস্থম্না অমম্বা লাইরেম্বীনা মপুং ফানা কুপশিনখ্রবদা মকুনাচংবা অমম্বা অহিংদা হৈনবশিং হরাও-মথোই কারক্লে। মতম্ অসিদা সরোজিনী মাগী কাদা হোটেল অদুগী প্রোপ্রাইটরগী মচা নুপীগা মাইয়োক্লনা ফম্লদুনা, নোক খেরদুনা রারী শারি। মথোয় অনিদি থাংমৈগী মঙালনা পুম্লং-লংনা ঙাল্লিবা কা অদুগী মন্নুংদা সংসারগী অরা-অনা পুম্নমক কাউথোক্লুনা লৈবা মরম্না মপান্দা অমম্বা লাইরেম্বীনা তমথীরবা শক্তম কয়া পুথোক্লিবা অদু খঙদ্রি!

মতম্ অসিদা খঙহৌদনা মথোয় অনিগী মাংদা রাং-চাউরবা নিপা অমা চংশিল্লক্লুনা লেপ্লরে। চংলক্লিবা নিপা অদুগী মখুৎ অনিমক পিস্তল অমমম পায়রি; ফিমু শেৎপা অমস্থুং অমুবা ফিনা খদাংচেৎ লাকপনা মহাক্কী অশেংবা শক্তম্ উবা ফংদে। মহাকপু উবদা মথোয় অনি কিবনা থক্ থক্ নিক্লক্লে; তু খ্যাও খ্যাও চুংলক্লে; লুতোল্ শম্ চপ্ য়ুংখ্রে। ফিমু শেৎপা নিপা অদুনা হায়রকই—তুম্মিন লৈয়ু! লাউগনু. করিগুম্বা লাউরবদি……নথোয়গী অশিবা হকচাং অদু ঐ উনিংদে। হায়যু, নবুং কদায়দা চৎখি?

তনিক-তনিক্লবা খোঞ্জেলনা সরোজিনীনা হায়রকই,—খঙ দে!

ফিমু শেৎপা নিপা অহু কোয়না চৎতুনা কা অহু মুন্না শ্রেংলগা মখোয়গী মনাক্তা চংশিল্লকুনা অমুক হান্নগী মফম অহুদা লেপ্লরে। হায়রকই—চন্দ্রকিশোরনা চহি অহুম চুপ্পা ওসি ফাওবা ঐবু ফাহুনা লমন্ খুংগনি হায়না রাশক্তুনা খল্লক্লিবা রাখল অহু থাদোকপনা মাগী খুইদগী অফবা ওইগনি। রাঘব ডাকুদি কান্নদবদা মী পংহাৎ-হাৎপা পামদে। য়েক্লবগী মহুক্তা মরুপ শান্নবনা মহাক্কী কান্নবা ফংগনি হায়রমই হায়না নবু-দা তমজো।

অসি হায়বগা মর্বো লৈবা মীনোক্লা খাক্লা থাক্লা নোক্লহুনা রাঘব কা অহুদগী থোকখ্রগা হোটেল অহুগী কা পূম্নমক্তা চংলগা মহাক কনানো হায়বা তাক্লহুন মী খুদিংমকপু কিহল্লম্লগা মফম খওদনা মা খ্রে। হোটেল অহুদা লৈরিবা মী খুদিংমক মমাংদা লেপ্লরিবা ডাকু অহুবু ফাননবা হোৎনবদি লায়রহুনা কিবনা থক থক নিক্লি!

রাঘব চৎখিবগা হোটেল অহুদা লৈরিবা মী পূম্নমক অচৌবা কা অমদা ফম্লহুনা মহাক্কী মরমদা খন্নরি। চন্দ্রকিশোর কা অহুদা চংলকপদা ময়াম মফম অহুদা লৈরম্বা উবদা ওক্লহুনা হংবদা খওলে; মিনিট কুনলোমগী মমাংদা হোটেল অহুগী কা খুদিংমক্তা ফিমু শেৎপা, ফিমুনা খদাংচেৎ লাকপা নিপা অমা চংলক্লগা মহাক রাঘব ডাকুনি হায়হুনা ময়াম অহুবু কিহল্লম্লগা খওহৌদনা মাংখি। ময়াম্না মানা মানা খওবা রাঘব ডাকুগী মরমদা হায়রহুনা অকিবা উৎলকই। ময়ামগী রা তারবদা চন্দ্রকিশোরনা শাউনা হায়রকই,—মহাক্লা ফনা কল্লবসু, অহুগা খুলাই কয়া পায়রবসু ময়ামগী মরক্তা লৌশিং লৈবা, থৌনা ফবা

অমত্তং য়াউরল্লবদি মাবু লায়না ফাবা ঙল্লমগনি ! অত্তুবু মী অম্মুক য়াম্বা অসিবু রাঘব মতোমতনা ঙমখিবসি ফনা ঈকাইবা মশক্তি !

অসি হায়রগা মহাক্না কোইয়েং য়েংলকপদা ইবোপিশক কা অত্তুদা লৈতে হায়বা খঙলত্তুনা কর্ম্মচারী অমদা হংলকই ; —ইবোপিশক কদায়দা চৎখিবগে ?

কর্ম্মচারী অত্তুনা হায়রকই—মুংথিলদা চৎথোকখিবদগী হল্লক্ত্রি। কদায়দ চৎখিবনো হায়বদি খঙজদে।

ঙাইহাক খল্লগা চন্দ্রকিশোরনা অমুক হায়রকই,—কয়া থেংনা হল্লকনি হায়রম্বগে ?

"তাক্লমদে বাবু !" কর্ম্মচারী অত্তুনা খুল্লকই।

ঙাইহাক লৈরগা ইবোপিশক কা অত্তুদা চংলক্লে। চন্দ্রকিশোরনা "কদায়দা চৎলুবগে ?" হায়না হংবদা মহাক্না অশেংবা রা তাক্তনা অশম্বা রাহৈনা খুল্লকই,—থবক অমা চৎলুবনি !

রাহৈ অসি তারবদা চন্দ্রকিশোর চিংনরক্লত্তুনা অমুক হন্না রাহং কয়া হংনিংলমই। অত্তুবু মহাক ভুম্মিন্না লৈখ্রে। খল্লকই, হোটেলগী মহৌশানা থবক চিল্লবা মতম অসিদা মহাক্না চৎলুরিবসি কদাযদনো ? করিগীনো ? কয়া লুবা থবক ওইরিগদগে ? অশেংবা মরম তাক্ত্রিবা করিগীনো ? অম্মা চিংনবা রাহং কয়ানা থম্মোয় থুন্দ্ৎলক্লবদা চন্দ্র-কিশোর তপ্না তপ্না কা অত্তুদগী থোকখ্রে।

চন্দ্রকিশোরনা মাবু চিংনবগী মওং অত্তু উবদা ইবোপিশক ইঙক ঙকখ্রে। রাঘব ডাকু হোটেলদা চংলম্বা মহাক্তি শুকখঙ খঙলমদে। মত্তুংবু চন্দ্রকিশোর কা অত্তুদগী থোকখ্রবা মতুংদা মরম পুন্নমক অত্তু

মহাক খঙলে। মরম্ খঙদবনা মহাক্না ঈশম-শয়া থবক অমা চৎলুবনি হায়না খুম্বদা চন্দ্রকিশোরনা ম্যাবু মুম্না য়েংলহনা ভাইহাক ম্রাখল তৌরগা কা অহুদগী থোকখিবহ খল্লুবদা মহাক চিংনরক্লে। হোটেল অহুদা থোকখিবা থৌদোক য়াম্না মুম্না খঙলবা মতুংদা কা অহুদগী থোরক্লগা মাগী কাদা লাক্লে।

ইবোপিশক চেয়ার অমদা ফম্লহনা ম্রাখলগী ভমথৈ নাইদ্রবা ঈয়াইদা তাওরি। ভাইহাক লৈরগা টেবিল মথক্তা খদাংচেৎনচিংবা ফিজোল অমা লৈরম্বা উরবদা মহাক্কী চিংনরবা থম্মোয়দা অমুক হেন্না চিংনরক্লে। খঙহৌদনা কোকচাওবী কাখ্রে; তুখোং খুদিংমক্তা হুমাং মরিক-মরিক থোরক্লে। চিংনবা ম্রাখল কয়ানা মাগী থম্মোয় থুমগৎলক্লে। কবিগুম্বা কনাগুম্বনা মতম অসিদা টেবিল মথক্তা তাহনা লৈরিবা ফিমুগী ফিজোল অহু উথিবা থোক্লবদি মহাকপু রাঘব ডাকুনি খন্দুনা ফারগদ্রা চিংনরক্লে! মশা থক থক নিক্লা ফিমু অহু মুম্না অমুক্তং য়েংলম্লগা কা অহুগী মপান্দা মহাক্লা লৈহনা য়েংবদা কদায়দা কনাসু উবা ফংদ্রে। ফিমু অহু পুহনা মহাক হোটেল অহুগী মনিংদা থোকখ্রে।

মতম অসিদা থাজগী মভালনা মাইকৈ মরি শিন-থুংনা ভাল্লম্রে। হোটেল অহুগী মনিংদা নিংথিজরবা লৈকোল অমা লৈ। লৈকোল অহু ফাওরহনা চৎখ্রিবা চীংলম্বী মচা অমগী মতুং ইন্দুনা মহাক ফিমু অহু পুরহনা জঙ্গল তম্না চংখ্রে। শুক্লবা জঙ্গল মঙ্গুংদা থরা চৎলগা, মহাক্লা লম্বীগী নাকল অমদা কুক কুক ইন্নবা হৌরিবা শুক্লবা ইরক্তা চংশিল্লগা ফি ময়োম অহু লোৎশিনখ্রে। মফম অহুদগী থোরক্লগা লম্বী ময়াই মক্তদা চপ লেপ্লহনা মহাক্লা মাইকৈ মরিদা লৈহনা য়েংলকপদা

উয়ে, থাপ্লপ্না উরিবা মাধবকী য়ুমদা অতুক থেংলবা অহিং অতু ফাওবা থাংমৈ থানবনা ফক্লাং অহোবদা মৈঙাল মুশি মুশি ফাউদোরক্লি। মতু উবদা খঙহৌদনা মাগী থম্মোয়দা চিংনবা পোক্লক্লে। মহাক মৈঙাল উরিবা য়ুম অতু তম্না চৎখ্রে।

ইন্সপেক্টর চন্দ্রকিশোর লোম্না য়াম্না চ্যেকশিন্না অশোক হোটেল-দগী ইবোপিশক্কী মতুং ইল্লকই। ফি ময়োম অতু ই মরক্তা লোৎশিল্লম্লগা ইবোপিশক চৎখিবা পূম্নমক অতু লোত্তুনা য়েংলিবা চন্দ্রকিশোর উ মরুমদগী থোরক্লগা ইরক্তা চংশিনখ্রে। মহাক্ক অমম্বদা মারত্তনা থিবদা ফি ময়োম অতু থেংনরে। মতু পুত্তনা থোরক্লগা লম্বী ময়াইদা লেপ্লহনা য়েংবদা ইবোপিশক অমুক উবা ফংখিদ্রে। খল্লকই, ইবোপিশক মাধবকী য়ুমদা শোয়দনা চৎখ্রবনি। মফম অতুদা চৎলবদি মরম পূম্নমক মুন্না খঙবা ঙমগনি হায়না মহাক্না খল্লকই। অতুবু থংনবা নিৎকুপ্তা করি খল্লক্লবনো খঙদ্রে! মহাক মফম অতুদা অমুক পম্বদনা অশোক হোটেল তম্না চৎখ্রে। ফি ময়োম অতু কনানসু খঙখি-উখিদনবা য়াম্না চ্যেকশিন্না মাগী কাদা পুশিন্দুনা চংখ্রে।

মাধব অমসুং ক্রেহো ইমুংদা য়ারী শানবা ইবোপিশক থোঙজিলদা লুমহনা তারি। মপুং ফাদবা য়াহৈ মচেৎ অমা তারক্লে।

—কয়া থোকপগে?

মাধব—নংগী ফংফম থোকপা লুপা ৬৭২'৫০ নি। অহুগা ঙরাংগী লিক অতুদি বিনোদা পিরনি।

ক্রেহো—অচৌখোয়গী শরুক পীখ্রবরা?

মাধব—শেল পূন্নমক ঐঙোন্দা লৈরি। হয়েং মুংদাংগী থবক অহু পাংথোক্লগা ঐঙোন্দা লৈরিবা পূন্নমক অসি য়েন্থোকনি।

ক্রেহো—মণিদদি পাও পীখ্রবরা?

মাধব—পীখ্রে। মরম পূন্নমক থন্নমবা মহাকম্ন হৌজিক লাকনি।

ক্রেহো—চন্দ্রকিশোরগা বিনোদিনীগা লোম্না লোম্না উন্নরিবসি নহাক খঙজ্রিবরা?

মাধব—ঐ পূন্নমক খঙই। খুদোংচাবা মুমিত্তা মাবু—

মতম অসিদা কনানো অমনা মতুংদগী য়াম্না কন্না ইন্নকুনা ইবোপিশক উপ্না শিংতুনা তুরে। মহাক ইমুংদা তুশিনবনা থোঙ লাউনা হাংদোকখ্রে। মহাকপু ইল্লক্লিবা মী অহু অতোপ্পা কনাসু নত্তে, মণিনি। মাধব অমসুং ক্রেহোনা য়'ম্না ফিংনা হংলকই,—কনানো?

ইমু'দা চংলক্লগা মণিনা হায়রকই,—মাধব, পাখং অসি থাদোকখিবা য়াদ্রে; থোঙ জিন্দা লুমহুনা নখোয়না ৱারী শাবা তাহুনা লৈরমই।

বিনোদিনী মাগী কাদগী থোরক্লগা থোক্লিবা থৌদোক অহু য়েংলি।

মাধব, মণি অমসুং ক্রেহো মখোয় অহুম্না ইবোপিশক মখোঙ-মখুৎ ক্রক-ক্রক লাকশিন্না পুনশিনখ্রে অমসুং মমিৎতা রুমালনা খুমজিল্লগা চেৎনা পুনশিনখ্রে। মখোয়গী মখুত্তগী ইবোপিশক নাম্থোক্লবা য়াম্না কন্না হোৎনৈ। অহুবু অরেম্বনি!

বিনোদিনীগী থোৎলবা থম্মোয়দা মীমুংশি ফাউরক্লে অমসুং মবুংগী অত্যাচার অহু য়েংহুনা লৈবা ঙম্লক্ত্রে। মহৌশানা মুপী ওইবীশিংসি

মীনুংশি চাউই অমসুং অত্তোপ্পগী অরা-অনা থক্ য়েংহ্নুনা লৈথোকপা ঙমদে। ডাকুগী মচল ওইরবস্ু মুপীগী গুণ চেন্নবী বিনোদিনী মীনুংশি চাউবীনি অমসুং থৌজাল হৈবীনি। মহাক্না মবুংগী মফমদা শক্থঙ্দবা পাখং অহুবু থাদোকপিনবা হায়জরকই। মীনুংশি খঙ্দবা মবুংনা য়াক্লবা ন্নাহৈ কয়ানা মহাকপু চৈ-থাংলক্রে। অহুবু মহাক্না পাখং অহুবু থাদোকপিনবা হন্না হন্না হায়জরক্লবদা শাউগল্লবা মাধব মমিৎ ঈ কারহুনা মচলগী থোৎলবা খজাইদা খুবাক্না কন্না থারগা লাক্নুনা ইন্থোকখ্রে। বিনোদিনী লৈমায় 'থক্তা উপ্না শিৎতুনা তুখ্রে।

মাধব, মণি অমসুং ক্রেহো পাখং অহু পুহুনা ইমুংদগী থোকখ্রে।

# ৫

মুমিৎ হুম্নি শুরবা ফাওবদা ইবোপিশক হল্লক্লে। অশোক হোটেলগী প্রোপ্রাইটরগী য়াথং মতুং ইন্না হোটেল অদুগী কর্ম্মচারী কয়ানা অহিং মুংথিল থাম্নদনা মহাকপু জঙ্গলদা, থুঙ্গ'দা মফম পুম্নমক্তা কোইথি-থিবদা ফংদ্রবনা হন্নরক্লে। মীগী মীরা ভাংনবনতা পুন্সি লেল্লিবা মী কয়ানা "ইবোপিশক হোটেলদগী শেল-থুম মাগী ওক্লবা হুরগা পুরুনা চেনখ্রবনি অসিনচিংবা কয়া মখদাং চোকপা মথৈ ভাংনরি। মখোয়না ভাংন-শক্লরিবা পুন্নমক অসি তরবস্ন "ইবোপিশক নহা ওইরবস্ন অথুপ-অকোই লৈতনা থম্মোয় শেংলবা মীনি!" হায়না প্রোপ্রাইটরনা খন্দুনা মীরা অমত্তা মনাকোংদা হাপ্লমদে। "করিগুম্বা অরুবা থবক অমা লৈরুনা ত'ন চাদবদগী কনাদস্ন ত'ক্লমদনা চৎথিবনি! শেল-থুম হুরুনা চেনথিবা নত্তে; করিগুম্বা মহাক্না শেল হুরগা চেনখিবা থোক্লবদি সংসারদা থাজবা হায়বা অসি শুক্লৈ লৈরম্লোই!" অস্নুম্না মহাক্না খল্লমই। অদুবু অহিং অনি হৌখ্রবা ফাওবদা ইবোপিশক হল্লক্রবা অমসুং থিব' ফংদ্রবা অদুদদি মহাকস্ন মীনা ভাংনরিবা অদু চুম্নবরা হায়না চিংনব' পোক্লক্লে। অদুবু হোটেলগী হিসাব য়াম্না কুপ্না য়েংলবদা খঙলে, হিসাব নযা পৈসা অমা ফাওবা চেন্নদে। মতম অসিদা মাগী থম্মোয়দা "মহাক ডাকুগী মখুত্তা থুদোংথীবা ফংলবরা? নত্রগা জঙ্গলদা শা-কৈনা শোকখ্রবরা?" অস্নুম্না মণ্ডল মণ্ডল খল্লকুনা মহাক্না ইবোপিশক থীবা ফংলকপা মীদা লুপা চামণ্ডা মনা ওইনা পীগনি হায়না হোটেলগী কর্ম্মচারী অমসুং মপানগী মীদা খঙহনখ্রে। অদুবু মীরা ভাংনবদা ময়াই কারবশিং অদুনদি "মেনেজর ওইরকপা

চহি মরিরোম অসিদা মানা হৈ-শিংজতুনা হিসাব অনি থোক্লা তৌরগা জালগী হিসাব থনম্বনি !" হায়না ঙাংনরক্তুনা মতম লেপ্লি।

ইবোপিশক চুমিৎ ছুম্নি· শুবগী মুংথিল ওইরক্লবা ফাওবদা হল্লক্লবা অতুদা চন্দ্রকিশোরগী থম্মোয়দা মওল মওল থল্লক্লে। "ইবোপিশক রাঘব ডাকুমক্লা! নক্ত্রগা মাধব ডাকুগী মী ওইতুনা রাঘব ডাকু শাতুনা হোটেলদা চংলকপরা! মতু নক্ত্রবদি মহাক্লা কদায়দগী ফিমু অতু লৌক্লরগা করিগী অহিংদা লোৎলুরি! মাধবকী য়ুমদা করিগী চৎখিবনো? অহিং অতুদা এৈনা মতুং ইন্নতুনা ফিমু ইথুৎ চনখ্রে হায়বা খঙলতুনা অমুক হল্লক্লবদি খুদোংথীবা থোক্লগত্রা চিংনতুনা লোৎখ্রবরা!" হান্নমা চিংনতুনা লৈরবা মাগী থম্মোয়দা অমুক হেন্না চিংনবা রাখল কয়া পে ক্লক্লে।

ইবোপিশক মকম খঙ্দনা মাংখ্রবদা সরোজিনী অঙাওবীগুনখ্রে! মশম মনা ইফা-ফাই; মফি মোৎলে হায়বগী ঈকাইবা খঙদে! মিৎলু-নাপোম অনিদগী শিন্থ্রকপা পীরাংনা মশা পুমচোৎ চোৎলে। চাব-থকপা অমসুং তুম্বা-হিপ্পা পুম্নমক কাউথোক্লুনা মতম পুম্নমক্তা ঙমখৈ নাইত্রবা অরাবগী ঈপাক্তা তাওতুনা লৈবনা থায়না মৈশা লাংলবী সরোজিনী ময়াং য়াম্না শাথীনা কংশিল্লক্লে। মাগী শক্তম অসি উবদা অকিবা পোক্লে!

সরোজিনী মাগী কাদা টেবিল মথক্তা মোমোন নোক্লতুনতা লৈরিবা ইবোপিশকী ফোটো উবদা খঙ্হৌদনা হৌখিবা পুন্সিগী মতাং কয়া নিংশিংলক্লতুনা হিক্লা হিক্লা কপ্লক্লে।

মতম্ অসিদা চন্দ্রকিশোর কা অত্থগী.মমুংদা চংলক্লগা মচলগী মনাক্তা লেপ্লরে।

"সরো ! কপ্লগন্ন, তোক্লোসে। ইবোপিশক শোইদনা লাক্ল-গনি।" অস্লা কয়া হায়রদুনা মহাক্লা মচল নুপীবু থেম্জিল্লি।

"মহাক্ শোইদনা ডাকুগী মফমদা অরাবা ফংলম্লগনি নত্রগা ডাকুশিংনা মাবু শোইদনা হাংলম্লগনি !" অস্লা চিংনবা রাখল কয়াগা লোইননা সরোজিনীনা মথংগী মফম্দা ইবোপিশক থিবিক্লনবা হল্লা হল্লা হায়জরক্লে। মচল নুপী থেম্জিন্বা য়াদ্রবদা চন্দ্রকিশোর মচলগী ফিভম্ অদু য়েংদুনা লৈথোক্পা ঙম্লক্ত্রে। ইবোপিশক চৎখিবা অহিং অদুগী থংনবা অয়ুক্তগী চন্দ্রকিশোর মাগী থোঙ্গুন্ লিবদা হল্লা হল্ল: নিংবা কায়রবনি। মহাকী মরম্দা করিগুম্বা অমত্তা থঙ্বা ঙম্ত্রিবনি। অদুবু মহাক্লা মচলগী নফম্দা "মহাকপু ঐনা শোইদনা থিদুনা পুরক্কনি" হায়রম্লপা কা অদুদগী থোক্খ্রে।

মহাক্লা লম্বী চৎনা চৎনা খল্লকই, অমবু ওইরবস্থ অমবু ওইরবস্থ বিনোদিনীদা হংলবদি মরম পুম্নমক্ শেংনা থঙ্বা য়াই !

× × ×

চন্দ্রকিশোর মাধবকী য়ুম য়ৌরক্লে। অদুবু মহাক্লা মাঙোল কাখৎলক্পা মক্তদা থোঙ্ থিংদুনা লৈরম্বা উরে। অদুবু থোঙ্ মফুংদগী লোন্বনি হায়বা থঙ্লদুনা বিনোদিনী ইমুংদা লৈরম্বা য়াই খল্দুনা চন্দ্রকিশোরনা মাবু কৌরকই। মাগী থোঙ্জেল অদু অহাংবা অতিয়াদা তিন্খ্রে। অদুবু পাওখুম্দি ফংদ্রে।

ঙাইহাক্ লৈরগা চন্দ্রকিশোরনা হায়রকই,—বিনো ! বিনো ! করিগুম্বা নহাক্ লৈরবদি থোঙ্ অমুক্তা হাংদোকউ।

হন্দক্সু করিগুম্বা পাওখুম্ অমত্তা ফংদ্রে। অদুবু নুপীনা কপ্পগী খোঙ্গেল অমা য়াম্না তপ্পা তারক্লে। ইমুংদা কপ্লিবী অদু বিনোদিনীনি হায়বা খঙ্লদুনা চন্দ্রকিশোরনা অমুক্ হায়রকই,—থোঙ্ লোন্শিন্দুনা কপ্লিবা করিগীনো ? থোঙ্ হংদোকউ।

বিনোদিনীনা ইমুংদগী য়াম্না তপনা হায়রকই, — নহাক্ ঐগী থম্মোয়গী মবুঙো ওইরবসু তামো খঙ্হন্‌উইহন্দনা ঐখোয় অনি ততুনা উন্নবা অসি তমো খঙ্লক্লে। করিগুম্বা ঐখোয় অনি অমুক্ হন্না উন্নরবদি ঐখোয়বু হাৎকনি হায়রমই। ঐবু নুংশিবিরবদি—।

অসি হায়রগা মহাক্ নুংদা ওমদুনা চাক্‌খৎলক্লিবা মৈচাক্ খাংবা ঙম্লক্রদুনা খোঙ্গেলদি থোক্তনা কপ্লক্লে।

চন্দ্রকিশোরনা হায়রকই — ফরে, বিনো ! থোঙ্ হাংনিংঙ্গ্রবসু নংনা মাসিমতাদি খঙ্হল্লু.—ইবোপিশক কৌবা পাখং অমা মাধবনা ফাখিবদু মফম্ খঙ্দনা মাংহন্‌খ্রবরা নত্রগা হিংলিবরা ?

"ঐদি শুক্‌খঙ্ খঙ্জদে।" অসি হায়দুনা বিনোদিনীনা খুম্লকই।

রা মচেৎ অমত্তা ঙাংলম্‌দনা চন্দ্রকিশোর মফম্ অদু থাদোক্তুনা চৎখ্রে।

মহাক্ চৎথিবগা বিনোদিনী থোঙ্ হাংদোক্লগা থোঙ্জিললা ঙারদুনা লেপ্লরে। রাখল কয়ানা মাগী থম্মোয়দা অমুক হেন্না অরাবা পীবা হৌরক্লে।

ভাইহাক্ লৈরগা কন'শুম্বী শামান-লেংমান্নবী নুপী মচা অমা ল'ক্লে। মহাক্না বিনোদিনীবু মরৌ লৈবা মিৎয়েংনা হাইফেৎ য়েংলম্লগা চিংনবা লৈতনা ইমুংদা চংলক্লগা চেয়ার অমদা ফম্লরে। পাঠক! চেয়ারদা ফম্লিবী নুপী মচা অসি মুংশি মৈশা লাংলবী সরোজিনীনি।

চংলক্লিবী অদুগী মতৌ অদু উবদা ইডক্ ভক্লদুনা বিনোদিনীনা মনাক্তা চংশিল্লগা চপ্ লেপ্লদুনা শক্ খঙদবী লেংমান্নবী নুপী মচা অদুবু মুন্না য়েংলক্লে। সরোজিনীনা মহাক্পু খানা য়েংলদুনা হায়-রকই.—নং বিনোদিনী নত্রা?

বিনোদিনীনা য়াম্না ভক্না খুম্লকই,—মানি, ঐ বিনোদিনীনি।

মখোয় অনি অমুক্ ৱা মচেৎ অমত্তা ভাংনখিদ্রে; মুন্না য়েংলদুনা লৈখ্রে। ভাইহাক্তুং লৈরগা সরোজিনীনা অচিক্পা অদু থুগায়রদুনা হ'যরকই,—বিনো! নংগী তম্থীরবা শা-ভাগী পুক্চেল চেন্বা নবুংনা নহাল মুমিদাং ফাখিবা পাখং অদু কদায়দা থল্লিবগে? নংদি খঙ্লিগনি শেংনা হ'য়য়ু! করিগুম্বা হাৎখ্রবসু পাম্মুবগী থৌৱায় য়াউদ্রবা হক্চাং অদুতদি ঐভোন্দা পীয়ু।

"ঐদি করিমক্তা খঙজদে!"

অসি হায়রগা বিনোদিনী ৱাখলগী কল্লবা ঈরৈদা লুপ্লদুনা ভুম্থিল্লা লেপ্লি!

সরোজিনী—নংদি পূম্নমক্ খঙ্লিবনি! হায়য়ু, শেংনা হায়য়ু! নংসু নুপীনি! নুপী অমগী থম্মো'য়গী থুপ্লবা কাচিন্দা লোত্তুনা থম্-জরিবা মহাক্ অদু মফম্ খঙদনা মাংখ্রবদা কয়া ৱাবগে হায়বা নংদি খঙ্লিরোই। অদুবু করিগুম্বা নংসু মীনুংশি খঙদবী অমা

নংলম্ল্লরদি খঙ্লম্গদবনি। মাবু মফম্ খঙ্হল্লগা ঐবু থায়না মৈশা লাংহনুগে থোৌরাংবরা ?

নুংশি মৈচাক্লা ঙাওরবী লেংমাম্নবী অচুগী থম্মোয় শোক্লব। রাঙাং অচু তাবদা মীহুৎশি ·চাউরবী বীনোদিনীগী থম্মোয়দা থোজালগী ঈক্ষুৎ কাওরক্রে। মাধবনা পাখং অমা মখোঙ্-মখুৎ পুন্শিল্লগা পুহনা চংখিবগী থোদোক্ অচু মহাক্লা সরোজিনীদা করিমত্তা চিৎথদনা তক্লে। থোদোক্ অচু তাল্লগা মহাক্লা মমুক হায়রকই,—তামো-হে.য়না ইমুংদগী পুহনা চংখ্রবা মতুংদদি পাখং অচুবু কম্দৌখিবগে খঙ্দবা অশেংবনি।

মাগী শেংলবা থম্মোয় অচু উবদ' সরোজিনীনা হায়রকই,—ঝিনো ! লাইকক্ চাউবী ঐবু মকুপ্নি থন্দুনা রারোৌগনুকো ! শাউহনা মংঙোন্দা অথীবা রাহৈ কয়া হায়খ্রে অচুবু খোইখা-লিন্খা থানহুসিকে ! অসি হায়রম্লগা সরোজিনী মিৎনুদগী চেম্বরক্লিব' পীরাং ফিজিনা তৈথোক্-তৈথে'ক্রহন। ইমুংদগী তপ্পা তপ্পা থোক্খ্রে।

বিনোদিনী মাগী কাদা চংলক্লগা ফমুংদা হিপথখ্রে। ঈকাই-খুম্নিংশি যাম্লনা থম্মোয শোক্না চিক্না হিক কপ্লক্লে। রাখল কযান মাগী থম্মোযদা ওমতুনা চাক্থংলক্লে।

মতম্ অসিদা ফিমু শেংপ নিপা অমমা কা অতুগী মখুংদা চংলক্লগা মাগী মনাক্তা লেপ্লে। বিনোদিনীনা যেংথোকপদা ফিমু শেংপা, ফিমুনা থদাংচেং লাকপা নিপা অম মনাক্তা লেপ্লুনা লৈবম্বা উরে। নিপ অদু উবদ কিনা চোংথোক্তুনা যম্লগ মহাক্না ফিনা হংলকই,—নং কনানো?

ফিমু শেংপা 'নপা অদুনা নেক্রুনা হায়রকই,—রাধবনি! ঐনা যাম্না রানা চোংনবুনা মাংজাও, মধু মগোয অনিগী কাররাদগী লুপা লাক্ক অত্তম্ মুম্লগা উমদা লেংশিন্দুনা থনম্বদা মাধবন থেনতুনা লৌখি। নং শেম অদু থম্ফম খঙ্ব্রা?

বিনোদিনীনা যাম্না 'কনা খুম্লকই—খঙ্জদে!

বাধবন যাম্না মেন-তপ্না হায়রকই, মীনম্ব' লোংগনু! নংদি কবিগুণ্মদন্ত মীনম্ব র ভাংদবান অত্তবু লৌনম চাউরা মাধবকী দমক্তা চুসি নন। মীনম্ব ভংলি! নদি চৌজিক ফ ওবা মাধব অসি কনানো হায়বা খঙ্দ্রি! (ভ ইহাক তুমিন্ন লৈবগা) বিনে! নংগ পোক্মিন্নবা নবুংনি হ যনা থাল্লবা মহাক নবুং নত্তে নংদি মাগী পুন্সিগী য়েক্লবনি।

বিনোদিনী—ইবুংনগব! কনম্ল! মত্ত ওইথোক্কবনি!

রাধব—নংনা ঐবু ভাকুন হায়তুনা ঐনা হায়বা থাজদ্রি! মহাক্না নংবু মচল ওইবগী সন্মান্ ভাক্তুনা ওং-নৈবক্লবা মতম্ অদুদা ঐনা হায়রিবা অসি অতুম্বা'ন হায়বা খঙ্লক্কনি।

বিনোদিনীগী থম্মোয়দা রাখলগী ঈথক্ কয় হৌরক্লে। "ঐনা জ্ঞান তারক্‌পা নুমিত্তগী ইবুংনি হায়না লৈরম্লিব মহাক ইবুং নত্রব ! মীনুংশি খণ্ড্রবা ডাকু মহাক্না মচল নত্রবদি ঐবু পোকমিন্নবা মচলগুম, মচল নত্তে হায়বা শুক্‌খণ্ড খণ্ডহন্দনা য়োকপি-থাক্‌পিদুনা অম্তক লুনা তৌবিগদ্রা ! মহাক্‌কুম্বা ডাকুনা অতোপ্পবু লুনা-চান্না তৌদুনা মচল শক্ল য়োকপদি শুকণ্ডই ওইথোক্তুবনি ! অদুবু করিগুম্বা মহাক ইবুং নত্রবদি ঐহাক কনানো ? মহাক ঐগী পূন্সিগী য়েক্লবনি হায়বসি থাজবা য়াদ্রবা মীনম্বা রানি। মরমদি, মর'ল লৈতবা মী কয়াবু ওৎ-নৈরিবা মহাক্না ঐগী য়েক্লবা ওইবা ত'রবদি ঐবু অম্তক লুনা তৌবিবম্লোই। মাগী মচল নত্রবদি—বিনোদিনী কদায়দগী হৌরক্‌পানো ! অদুগা করিগীদমক্ ঐবু মহাক্না মচল শক্লা য়োক্লিব !" অম্তুন্না বিনোদিনীগী থম্মোয়দা মণ্ডল মণ্ডল খল্লকই। অদুম্ ওইনমক্ ডাকুগী মচল নত্তে হায়বা তাবদা মপুক্লিংদা অরাবা-নুংঙাইবা, অকিব', চিংনব' রাখল কয়াগী ঈপোম্না মাগী থম্মোয়দা য়ৈবা হৌরক্লে।

অম্তক্লা বিনোদিনী অশ'বা মুর্ত্তিগুম্ তুম্মিন্না লৈখ্রবদা রাঘবনা অমুক হায়রকই,—ঙসিদি নং কনানো হায়বা অশেংবদি তাকথিরোই। অদুবু নং মাগী মচল নত্তে হায়বসিদি অচুম্বনি। নহাক ঈনাক থুনবা পুকচেল চাউবা নিপা অমগী মচানি। নংনা করিগুম্বা লুপা লাক্ক অদুম অদু কদায়দা থম্বগে হায়বা তাক্লবদি, ঐ শোইদনা নংগী অশেংবা পরিচয় তাক্লনি। অদুগা নংবু লৌনম চাউরবা মাধবকী মখুত্তগী কন্দুনা নংগী য়াইফনবা ঐনা শোইদনা শিনগানি।

মমিৎতা ঈরা চেল্লদুনা বিনোদিনীনা হায়বকই,—শেল অদু

কদায়দা থম্বগে হায়রবদি খঙ্‌জদে ; অদুবু মহাক্না শেল অদু ফংলবরা হায়না খল্লি, অশেংবা রাদি খঙজ্‌দে। ঐ মাগী মচল্‌ নত্ত্রবদি কনানো শেংনা তাক্‌পিয়ু ?

রাঘব—ঐনা হংলিবসি অশেংবা তাক্রবদি ; ঐ করিমতা হায়বা ঙম্লোই। ঐনা শেল অদু ফংবগা নংবু মাগী মখুত্তগী নাম্থোক্নবা হোৎনবিগনি হায়বসিদি মতম্‌ খুদিংমক্তা কাউগনু।

মতম্‌ অসিদা মাধবনা মপান্দগী য়াম্না শাউনা বিনোদিনীবু কৌরক্লে।

বিনোদিনী—তামোনা উখ্রবদি শোইদনা খুদোং থীবদা তারগনি।

রাঘব—বিনে ! নং ঐগী দমক্তা রাগনু। চৎলো, থোঙ্‌ হাদোক্‌লু।

বিনোদিনী চৎখিদুনা থোঙ্‌ হাদোক্‌লুরে। ইমুংদা চংলক্‌পগা মাধবনা ঙংলদুনা হায়রকই,—ঙসিসু ননা চন্দ্রকিশোর ইমুংদা চংহল্লিবা করিগীনো ?

বিনোদিনী—চংহনজ্রদে তামো !

মাধব—নচিল থিগনু ! ননা ঐঙোন্দা তামো হায়না কৌরবদি নরাল হেক্তা ঙাক্‌পিগনি নিংব্র' ঐবু নংগী পোকমিন্নবা নবুংনি হায়না নিংলি ! নত্রে, ঐ নংগী নবুং নত্তে !

মহাক্কী অকোন্‌বা রাহৈ অসি তারবদা বিনোদিনীগী থম্মোয়দা থাজদবা, অঙক্‌পা, চিংনবা রাখল কয়ানা ওমদুনা চাক্লরে। খঙ্‌-হৌদনা মাইথোং মক্‌শিল্লক্লে। হায়রকই —ন-হা-ক ঐ-গী ইবুং নত্তবা !

মাধব—নত্তে, ঐ নবুং নত্তে।

বিনোদিনীনা মমিত্তা ঈরা চেল্লদুনা হংলকই,—অদুদি ঐ কনানো ?

মাধব—মহু খঙ্‌নিংলবদি শেংনা হায়নিগে তাজো! নং এগী য়েন্নবগী মচানি। নমা নপাবু মচা কায়নবগী থায়না মৈশা লাংহনগে খন্দুনা নংবু এনা ভুত্থনা পুক্রগা মকম আসদা য়োক্লিবসিনি; খঙ্‌লবরা?

বিনোদিনী—নত্তে, মহু ওইখোক্তবনি। তামোনা এবু শাউত্থনা হায়জিল্লিবনি। এ নংগী নচলনি!

মাধব—হুঁম্! বিনো! তামো হাযত্থনা খোল নোনা কৌবগা নবুং হেক্তা ওইরগদ্রা? (খাক্লা নোক্লত্থনা বিনোদিনীগী খোবিদ ছুনী থম্লগা) রাকোই শুন্দ, শেংনা হায়যু! নত্রবদ, নথরায় লৌরগা য়েক্লবা লমন্‌ খুম্বা ভুম্বা মীনি খঙ্‌দ্রা?

মতম অসি মক্তদ রাঘব ডাকু লেত্তুনা লৈবিবা কা অতুদগী মণি থোরক্লে! মহাক্না মাধবকী মখুৎ পায়ত্থনা থাম্লবে; শাউনা হায়রকই—মাধব! জ্ঞান লৈত্রবী নুপী মচা অসিবু নংনা হাৎলগা করি কান্নগদৌরি? চন্দ্রকিশোর লাক্কিডৈগী মনাদগী এ অসিদা লৈরিবনি। বিনোনা মাবু ইমুদ চংহন খিদে হায়বাসি নংদি খঙ্‌ লিবোই।

অসি হায়বত্থনা মহাক্না মাধবকী মখুত্তগী থা মুল্লে। রাসি তারবদা মাধব শাউবা হন্থরক্লে। বিনোদিনী অডক্‌পা, অকিবা অমস্তুং ভুজুংবনা থল্লত্থনা তপ্পা তপ্পা মাগী কাদ চংশিন্‌খি।

অতগী তুদা মাধব অমস্তুং মণি য়ুথক্লত্থনা তাস শান্নরি। ভাইহাক লৈরগা য়ু লিক্লি অমা লোইখ্রে। অতবু নেশাদি কাদ্রে! য়ুথক্‌পদা নেশা কাদ্রবদি য়ু থক্পগী তুংভাইবা ফংদে। মরম অসিনা মপুংফানা নেশা কাহন্নবগী দমক্তা আলমারীদগী রম্‌ লিক্লি অনি পুথোরকউ

হায়না মাধবনা বিনোদিনী কৌহনা হায়রকই। অদুবু বিনোদিনীদি তাত্রমাল্লে থোরক্লে। য়াম্না শাউনা মাধবনা মাবু হন্না হন্না কৌরকই। অদুবু মহাক্ শুক্তা তাখিদ্রে। ফনা কন্না কৌরবদসু তাবা মরৈখিদ্রে। কৌবা তামস্রবদা চিংনরক্লহনা মাধব অমস্তুং মণি মখোয় অনি মাগী কাদা চংহনা য়েংবদা বিনোদিনী লৈরম্দ্রে! মখোয়না কা অদুগী মাইকৈ মরিদা লৈহনা অসুম্ য়েংলক্পদা ফকলাং মচি অমদা মী অমগী হকচাং লিংথোক্পা চন্না লেন্থায়খিবগী নোংমা হোহনা লৈরম্বা থেংনরে। অহোবা অদুদা মহাক লিংথোক্লুনা চেন্খ্রবনি হায়বসু খঙ্লে। মণিনা মাধব য়েংলহনা হায়রকই—মাধব! নংনা চোক্শিন্হৌদবদগী হৌজিক্তি বিনো মফম্ খঙ্দনা মাংখ্রে। এখোয়গী অরোন্বা পুন্নমক মানা ফোংদোক্লুনা পুম্মাং মাংলগনি। নংনা মাবু মতাং চাদনা কিহল্লুবদগী অরাফম্দা চংবা তারেদো! অদুম্না কিহনবগী মহুৎতা থেমহনা নৌহনা "ইন্সপেক্টর ইমুং অসিদা চংহনগনু মাগা অমুক হন্না উন্নবা য়াদে" হায়রম্লবদি ফরম্গদবনি। অদুবু—

ভাইহাক্ তুমিন্না লৈরগা মহাক্না অমুক হাযরকই,—অদুবু হৌজিক্তি বিনো থিরুদবা য়াদ্রে। কন্নিগুম্বা ইন্সপেক্টরগা থেংনখ্রবদি··· নত্তে, মাবু হৌজিক্মক থিরুদবা য়াদে। মাবু কিহন্বা য়াদে, থেমহনা পুরক্দবনি।

মখোয় অনি অমুক পন্থদনা মপান্গী থোঙ্হু য়াম্না চোকশিন্না শো লোনশিল্লম্লগা বিনোদিনী থিবা চংখ্রে। মণিগী শিকার তৌবদা হৈ-শিংলবা য়াম্না রাং-চাউরবা, মুশিন-মুবা কালি কৌবা হুই অমা লৈ। হুই অদু পুহনা মাধব অমস্তুং মণি বিনোদিনীগী থোঙ্গুন লিখ্রে।

৭

মুমিৎ অতুগী অহিংদা ইন্সপেক্টর চন্দ্রকিশোর মাধবকী য়ুমদা অমুক হন্না লাক্লে। অতুবু থোঙ্ শো লোন্দুনা লৈরম্মে। ঙাইহাক চপ লেপ্লহুনা লৈরগা মহাক্না য়ুম অতুগী মাইকৈ মরিদা কোইচৎ-চৎলহুনা য়েংলকই। ফক্লাং মচি অমদা মী অমা চংবা চনবা অহোবা অমা লৈরম্বা উরে। চিংনবগী ঈথক-ঈপোমদা তাউরহুনা রাখলগী পল্লেপফম্ খঙ্দনা মহাক ফক্লাং অহোবা অদুদা লিংশিন্দুনা ইমুংদা চংখ্রে। টর্চলাইট কাপ্লহুনা কা খুদিংমক্তা চংহুনা য়েংবদা মহাক্না থিরিবা অতু মফম কদায়দসু লৈরমগ্রে। অতুবু থাজদবা রাখল কয়ানা লম্জিংলহুনা অত্তোপ্পা কা অমদা অমুক হন্না চংলক্লে। মসি মাধবকী কানি। মন্নবা লময়াইদা টর্চলাইটকী মঙাল হেক য়ৈবদা ঈ থরা চাইনা তাহুনা লৈরম্বা উরে। খোঙ্থাং তপ্প তপ্পা থাংলহুনা ঈ তারিবা অতুগী মনাক্তা মহাক য়ান্না নক্না চংশিল্লক্তুনা লেপ্লরে। মহাক্ ঈ অতু শংত্রিক্ য়েংলি।

মিৎকুপ খরদংগী মতুংদা ঈ চাইনা তারিবা মফম অদুদা কনাগুম্বা মাইখুম খুম্বী অমা লেপ্লবা চন্দ্রকিশোরগী থম্মোয়গী মিৎনা উরে। মাইখুম খুম্বী অতু য়াম্না পা-বা অত্তোবা ফি শেৎপনা মাগী হুক্চাং কয়াৎ খুদিংমক নিংথিনা উবা ফংই। পূন্সি বসন্ত থুংলরবনা মাগী হুকচাং কয়াৎ খুদিংদা লোক্তুনা পো'মম্বা লৈরাং পুম্নমক মতম্ চারে থঙ্হুনা হুরাউ মোমোন নোক্না ঙম্না পোমশাংনরক্লে। লিরি লিরি শিৎলকপা কুপ্শিংনা মশাদা য়ৈবদা ঈথক্না জগোই শাবগুম্ মাগী হুকচাংদা পক্লিবা ফি অতু ফর ফর হাইরি। চন্দ্রকিশোরনা গুম্মাৎলবা মিৎয়েংনা মিংথিবী অতুবু য়েংলি।

মীওইবা কনানা অম্মুক নিংথিনা ফজবদি ওইথোক্কবনি ! অদুদি মহাক কনানো ? খঙ্লে, মহাক্ শকুমগী লাইরেম্বীনি !

শকুমগী লাইরেম্বী অদুনা মাইখুম তপ্পা তপ্পা হাইদোরকপগা লোইননা মাগী মাইথোংদগী ফজবগী মঙাল শন্দোরকপনা অমম্বা কা অদু পুমঙাল ঙানখৎলক্রে ! হৌজিক্তি মাগী থোৎন-ঈংনা ফজরবা মাইথোং অদু উবা ফংলে। মহাক শকুমগী লাইরেম্বী নত্তে ; চন্দ্র-কিশোরগী শেংলবা থম্মোয়দগী থোরকপা বিনোদিনীগী প্রতিমানি ।

চন্দ্রকিশোর ঙুংবুংননা লেপ্লি ।

মমিৎতা ঈরা চেল্লতনা বিনোদিনীগী প্রতিমা অদুনা অম্মুম্না হায়রকপগুম্ তৌই,—ঐবু কাউথোক্পিরবরা ?

"করম্না নংবু কাউগনি !" অসি হায়না চন্দ্রকিশোরনা খুম্লকই ।

প্রতিমা—মীরম্নেন্দদি থম্মোয়দা ইরাৎচবা নত্তনা ইবুংঙোগী সেবা ফংজখিদ্রে। অদুবু পোক্পা শিবা নাইত্রবা, কল্লক্ চাউবা কনা চংঙমদ্রবা, শাদগীসু হেন্না তাল্লবা কনানা ঙুপীগী ঈকাই খুম্নবা মাংহন্নবা থৌরাংবা ঙম্মোইদবা, ঙুংশি চিল্লোক্লবদা য়েক্লবা কনানা থিংলবা ঙম্মোইদবা, মফম অদুদা চম্নথোইবা নহাকপু য়াম্না ব্রানা ঙাইজরি।

চন্দ্রকিশোর— নংবু কনানা অত্যাচার তোগে থৌরাংবগে ?

প্রতিমা—ইবুংঙোনা চিংনরিবা মহাক অদুননি ! করিগুম্বা ঐগী অশেংবা পরিচয় তাকপিরবদি অসি থোক্রোইদবনি। তোল্লবীবু চানবিদবনা অরোইবা মিৎকুপ ফাওবা ঐ কনানো খঙ্দে।

"ঐ কনানো" হায়না হংলকপা খোঞ্জেলনা কা অদু ইনিন নিল্লক্রে। ব্রারবা থম্মোয়গী রাহং অদু তাদুনা নিংঙাইবা লৈতনা

লৈথোকপা ওয়াক্তহনা চন্দ্রকিশোরনা হায়রকই,—নংগী অশেংবা পরিচয় তাক্লবদি লৌনম চাউরবা মাধব মরালগী মতিক চাবা চৈরাক ফংহন্নবা হোৎনবদা অকায়বা থরা লৈবনা তাক্তবনি। মতম চারগা তাক্তে খন্দুনা তাকখিদবনা ঙসি ঐগী থম্মোয় কায়রিবনি। তাক্লগে, তারো! নহাক—

রা ময়াইদা থৎলহনা প্রতিমা অহনা হায়রকই,—হৌজিক্তি খঙ্জরে! অহবু পুন্সিগী অচৌবা নিংবা কায়খিবা অমনা ঐগী আত্মাবু তত্তনা অরাবা পীরি। করিগুম্বা তোল্লবী লমজা ওইনা পোক্লমত্রবদি নহাকী সেবা ফংজহনা নিংবা কায়বগী অরা-মৈশা লাংলমদবা য়াই! হয়েংমুক্তী মপোক্তদি সেবা ফংহনবিয়ু। নিংজরিবা অসিতদি থুংহন-বিয়ুকো!

খঙ্হৌদনা চন্দ্রকিশোরগী রাখলগী মঙ্ অহু কায়খ্রে। চিক্লবা অহাংবা কা অহুদা অশাবা মূর্ত্তিগুম মথন্তা লেপ্লি হায়বা মহাক খঙ্জরক্লে।

ঙাইহাক লৈরগা চন্দ্রকিশোরনা মতোমতা হায়জরকই, —ঐনা নিংলিবা অসিনা অশেংবমক ওইরবদি মহুগী লমন ঐ শোইদনা থুমগনি। মীনুংশি খঙ্দবা মাধবকী ঈ থুজোক থুজোক্লা মাগী তর্পন কৎকনি।

চন্দ্রকিশোর ইমুংদগী থোরকপা মক্তদা খঙ্হৌদনা করিগুম্বা অকনবা পোৎ অমনা মকোক্তা য়াম্না শাফু কম্না ফুথরক্লে। থুদক অহু মক্তদা মহাক মপুং ফানা জ্ঞান মাংহনা লৈমায় 'থক্তা হাইথখ্রে।

# ৮

সন্ধ্যা মতুংনি ! মাধব অমসুং মণি মখোয় অনিনা তাস শান্নরুনা লৈরিবৈদা শেংন-চানবা খরা পূরুনা বিনোদিনী চীংগী শুক্লবা জঙ্গলগী লম্বীদা যাম্না থাপ্না ল'ক্লে। হৌথিবা পুন্সিদা মহাক্না মবুং নত্তবরা হায়না করিগুম্বা মতম্দা চিংনবা কযা পোক্খি। মহাক্ মবুং নপ্রে হাযবা খুড্রিবৈদদি থোইদোক্লা ঈকাইবা হঙ্গোইবা পোক্লমদে। অদুবু মাধব মবুং অশেংবা নত্তে হায়বা তশেংনা খঙ্লবদা মাগী থম্মোযদা হঙ্গেইব, তুকচ্চব অমদি চিংনবা কযা পোক্লক্রুনা ঙসিদি তম্গীরব ডাকু অদুগী মনাক্তুগী থাপ্না চেল্লক্রুনা শা-কৈন থল্লব চী-লৈবাক্কী শুক্লবা লোক্চপ্ অমসুং উমং-র'মংদা লৈরগে লেপ্খ্রমাল্লে !

মণি অমসুং মাধবন তান্নরক্পা মতম্ অদুদা বিনোদিনীদি য়াম্না থাপ্না চৎখ্রে। অরাপ্পদা হুইনা লাক্লা-লাক্লা খোংলক্পদু বিনোদিনী তারক্লে। কালিনা মাং থারত্নন য়াম্না কন্না চেন্খিবা উবদা করি-গুম্বা বিনোদিনীবু কালিনা শারাক্ তম্খ্রগদ্রা চিংনবগ লোইননা মাধব অমসুং মণি শুক্লবা জঙ্গলদা তান্নরক্লি। অদুবু খরা চৎলগা হুইগী খোঙ্জেল লেপ্খ্রে।

মাইকৈ মরিমক্ ইচিক্ চিক্খ্রে ; ঈংনা তপনা শিংলম্বা মুংশিং লেপ্খ্রমাল্লে ; মনা পুংলম্বা উ-রা খুদিংমক্ মরু লুক্থরক্নুনা তুম্মিন্-তুম্মিন্ লেপ্লরুনা লৈরি। অদুবু মণি অমসুং মাধবনা মচিন্বান্দা মখুৎ থল্লরুনা "বিনো !" "বিনো !" "কালি !" "কালি !" হায়না

মখোয়না তোইনা তোইনা কৌরক্পগী য়াক্লবা খোঞ্জেলনা অকিবা ফ'লবা, তম্থীরবা হিংচাবগী শক্তম্ লৌরদুনা তুম্মন্ তুম্মন্ লৈরিবা চীংশাংনা প্রকৃতি লাইরেম্বীগী অচিক্পা অত্থু থুগাযরজনা খোন্থাং য়ৈরক্লবদ পৃথ্বী থাংবা ঙম্‌দ্রদুনা মফম্ অত্থু থক্ থক্ নিকপগুম্ তৌরি। অস্তুম্না খোন্থাং হন্না হন্না য়ৈরক্লবদা থঙ্‌হৌদন উচেক্-ৱায়া পূন্নমক্ ঙন্না মিকপ্ থোক্লক্তুনা তেবানবা মপুগী মফম্‌দা খুদোংথীবদগী কন্‌বিয়ু হায়জবগুম্ মহৈ মহৈ মিপাইবগা লোইননা খোংবা হৌরক্লে।

কালিনা খেংলদুনা তান্নরক্পা নক্শিল্লক্লবদা বিনোদিনী শ দগীস্থ হেন্না তমথীরবা ডাকু অত্তুগী মখুত্ত। তা'শ্রুগদ্রা হাযনা মতোম্‌তা চিংনজরক্লে। থরা চৎলগা অথুব লোক্চপ্‌কী অকুৎপা মফম অমা থে নরে। মত্তদা তপ্পা কুম্থবগা থুপচিন্দুনা লোৎখ্রে

কালি অরেপ্পা লৈতনা চেন্‌শিল্লক্তুনা নং অমগী মথক্তা চপ্ লেপ্লগা লেক্খাদা লৈরিবা বিনোদিনীবু শংত্রিক্ য়েংলদুনা য়াম্না কন্না হৌনা খোংবা হৌরক্লে। য়াক্লবা খোন্থাংনা ইনন্ নিল্লক্লে।

মতম অসিদা থঙ্‌হৌদনা বিনোদিনীগী থম্মোয় নাকোংদা মাধবন নোমা চিক্লবা কা অমদা অচৌ য়েংলদুনা হায়খিবা ৱাহৈ থরা হন্না হন্না তারক্লে।

"—অচৌ! চাহি কয়াগী মমাংদা ঐন য়াম্না ৱানা হোৎনদুনা য়েক্লবগী লৈকোন্দগী শিংভেল চার অমা হুদুনা পুরকই। শিংভেল চার অত্থু লম্খাংদা মাংহনগে তৌবদা ঙথ্‌হৌদনা মাবু মুংশিবগী মায়ানা ঐবু কুপ্শিন্‌খিবনা নোইহৎতুনা মাংহন্‌বা ঙম্‌খিদে। চার অত্থু

য়েক্লবশিংনা খঙ্লোই-উরোইদবা মফম্দা য়াম্না চ্যেক্শিন্না থাখি। ঐনা মতম্ চানা ঈশিং চাইহুনা, লৈখোং শোম্হুনা অন্নাবা থাংলক্পগী মহৈনা ঙসিদি মপুং ফানা চাউরক্লে। মতমগী মতুং ইন্না বসন্ত ঋতুনা থোৗগল তৌররবনা হৌজিক্ক নিংথিজরবা লৈরাং পোম্শাৎনরক্লে। অস্তুক্ মনম্ তুংশিনা ফজরবা লৈরাং অসে নোংমা নখোয় পুন্নমক্কী মাংদা লেপ্পবগুম্ হেক্লগা থম্মোয়দ চেৎনা কোন্শিন্দুনা থম্গে হায়না খল্লক্লিবা কুইরক্লে। অতবু য়েক্লবা অমনা থম্মোয়গী লৈরাং অতু হেক্কদবগী মথুং থিংজিল্লক্লে। ঐগী ইকাদা য়েৎলারিবা য়েক্লবসি য়াম্না থুনা মরু ফংনা মাংহন্দবা য়াদ্রে।” নোংমা মাধবনা অচৌদা হায়খিবা ৱাহৈশিং অসি হাইরপ্ তাখিবা বিনোদিনীনা খঙ্হৌদনা নিংশিংলক্লবদা,—লৈরাং অতু অতোপ্পা কনাগুম্ নত্তে; মহাক্কি হায়বা হৌজিক্কা তশেংনা খঙ্লক্লে। “কারিগুম্বা মহাক্না ঐবু ফাখবা থোক্লবদি মচল ওইবগী সন্মান্ অতু অমুক্ ঙাক্পথিগদ্রা! ওইথোক্রবনি, তম্নীরবা মাগী থম্মোয়দা মতম্ কুইনা লোক্লুনা থম্লক্লিবা তুকচ্ছরবা ৱাখল অতু শোইদনা পংথোক্লবা শিল্লগনি। ঐবু কারিগুম্বা ফাখিবা তারবাদি, মনা নিংলিবা আশা অতু পাংথোক্লিদ্রবগী মমাংদা ইতোমত্তা শিজগনি!”

মণিনা মাধবকী য়ুম্দা লাকপা খুদিংগী কালি পুরকই। মতম্ অতুদা বিনোদিনীন কালিদা অহাও-অথুম্ কয়া পীজ পীথক্কুনা য়াম্না লুনা তৌখি। চংজবগী মিংয়েংনা য়েংলতুনা তুংদা থোক্লগদবা খুদোংথীবা কয়া খন্বদা মীপাইবগা লোইননা মহাক্না হায়রকই;—কালি! নংবু ঐনা পীজ পীথক্কুনা লুনা তৌখিবগী লমন্ ঙসি নংনা ঙাইহাক্কুং তুম্মিন্ লৈহুনা শিংঙম্মু। কালি!

কা'লি মখো'ড় ম'রি পানবা শ'গী মপোক্তা পোক্লবস্তু মীগী তৌবিমল ইখঙ্-খঙ্দবদি নত্তে। মহ'ক্ অমুক্ খোংখদ্রে। মমৈ ফেৎ-ফেৎ চাংবত্তন বিনো'দিনীগী মনাক্তা চংশিল্লক্লগা মখোঙ্ ময'দ মৈবৈ হ'-হা তম্লত্তন কুল্লবে। আকিবা শক্তম্ কযা পুথো'ক্লত্তনা খো' লম্বা হুই অত্ত অমুক্ হন্না খোংলবো'হ হাযব' মহাক খঙ্লে। মহাক্লা অস্তম্ যেথো'ক'খবদ' থপ্লপ্পা সুকং অমা লৈব' উরে। মুশন্ মুনা উবিব' সুদং আদো'মদ মুন্না যে'লি। খঙ্হৌ'দনা থো'ক্লব' যাবা খুদো'থীব পূম্নমক্ ঈশ্বরগী মফম্দ' শিন্নবগ' বিনোদিনী কালিনা মং থাবত্তন' মশ'দা আনৌবা থৌনা অমগা লোইননা সুরুং অত্তগী মন্তু'দা থুনা য'না চশিনখ্রে।

মণি অমস্তং মধব বিনোদিনীগা কালিগা থিবা ফংদ্রত্তনা নিংব' কায়না হল্লক্লে।

মখোয় অনি মাধবকী যুম্ যৌবক্লে। ইমু'দা মী অমা লৈবে হায়বা খঙ্লত্তনা মখো'য যেন্নখ'দ' লুম্ত্তন' লৈখ্রে।

ভাইহাক্ লৈবগা নিপা অমা ফক্লাং অহোবা অত্তদা লিংথোক্তুনা থোরক্পা উবে। নিপা অত্তগী মনাক্তা তুম্মিন্না, য'ম্না চ্যোক্শিন্না চংশিল্লক্লগা মতুংলোম্দগী মাধবনা মখুংতা পায়রিবা চৈ অত্তনা শাফু কন্না ফুথখ্রে। খুদক্ অত্তু মক্তুদা নিপা অত্ত ৱান্থখ্রে।

পাথক ! ৱাস্তরিবা নিপা অসি চন্দ্রকিশোরনি। মহাক্ ৱাস্ত-থিবগী মতাং অসি মথক্তা থেংনবিখ্রবনি, অত্তব্ কনানা মহাক্পু ফুরিবনো হায়বদি পনথিদবনা থৌদোক্ অসি অমুক হন্না তমজরিবনি।

# ৯

চন্দ্রকিশোর জ্ঞান তাবক্লবদা থৌরিনা মখোঙ্-মখুৎ যাম্না চেৎনা পুল্লম্বা উরে। অচৌবা কা অমগী মন্নুংদা বন্দী ওইনা লৈরিবনি হায়বা খঙ্লে অমস্থুং থোঙ্লোমদা য়েংথোক্খিবদা থোঙ্ অদু মন্নুংদগী লোন্বা নত্তে, মপান্দগী লোনবনি হায়বসু মহাক্ য়াম্না মুন্না খঙ্লে। মহাক্না জ্ঞান মাংদ্রবৈগী মমাংদা থোক্খিবা থৌদোক পূম্নমক্ অদু মথং মথং নিংশিংলক্লে। মকোক য়াম্না শাথীনা শোকপা নত্তে হায়বা মশাগী ফিভম্দগী মহাক্ নিংথনা খঙ্বা ঙম্লে।

মতম অসিদা খঙ্হৌদনা থংনবা কাদগী যাম্না কন্না লাউরকপগী খোঞ্জেল অমা তারক্লে। মহাক্না থল্লকই, ডাকুশিং অসিগী লাংদা মী অমসু থুত্তনা লৈবমাগ্লে! অদুবু কনা ওইরম্গদগে! খোঞ্জেল অসি নিপাগীনি। কনানা খঙগনি, মী কয়া কয়া ডাকুশিং অসিগী মখুত্তা অৱাবা ফংত্তনা লৈরম্খিগনি; অদুগ মী কয়ানা মখোয়গী মখুত্তা মথৱায মাংলম্লগনি! করিগুম্বা মওং অমদবু ওইরবসু মফম্ আসদগী থোক্লগা মখোয়গী মখুত্তগী লাইবক থীরবা মী কয়াবু কন্দবা য়াদ্রবনি। অদুবু হৌজিক্ ঐ মফম্ আসদগী করমত্তৌনা নাম্থোক্কনি!

মতম অসি মতুংদা থোঙ্ হাংলকপগী মখোল তারবদা জ্ঞান মাংলবা মীগুম্ চন্দ্রকিশোর থাজিক্তা লেং-খোৎখিদ্রে; স্বর পিক্থখ্রে!

মিকুপ খরদংগী মতুংদা মাধব অমস্থুং অচৌ কা অদুগী মন্নুংদা চংলক্লগা চন্দ্রকিশোরগী মনাক্তা লেপ্লরে। অচৌনা হায়রকই,—হৌজিক্ ফাওবা জ্ঞান তাদ্রিমাগ্লে।

"জ্ঞান তাব্রিবা ! থাজদে, নমথাক্ তৌবরা মুন্না য়েংউ ।" অস্তুম্না মাধবনা হায়রকই ।

অচৌনা নোম্ল-নোম্লদুনা ফনা কুইনা কৌদুন' হৌদোক্পদা চন্দ্রকিশোর তাবা লৈখিদ্রে । ভাইহাক্ লৈরগা নে'ক্লদুনা অচৌনা হায়রকই,—কয়াদা থম্মোয় শে'নখ্রবনো ! ভসি নিনি শুরবা অসি ফাওবদা মহাক্ জ্ঞান তারক্ত্রি ! তুম্লিবা অসিদগী অস্তুম্ পূন্সি-মিৎকপ্ থোক্হন্দবনা হেন্না ফরে ।

মাধব—মাবু হৌজিক্মক্ হ'ৎপ' যাদ্রি । জ্ঞান তারক্লগা মউল মচেৎ-মচেৎ থোক্লুনা হাৎকনি ! মদুদা মহাক্ল' ওইবা ফিভম্ অদু ঐখোয়না থাক্লা থাক্লা নোক্লুনা মিৎ পেন্না য়েংগদবনি ।

অচৌ—মাধব ! নহাক্কি মধুগা সরোজিনীগা মখোয় অনিদগী শেল য়াম্না মুন্দুনা পৈশিল্লবনিনা শেলগী অরাবা খঙ্দ্রবনি । শেল অদু খরদি ঐখোয়দস্ত থায়ফম্ থোক্পরা খল্লি । অদুগা—

"নত্তে, অচৌ _. নংনা খল্লিবা রাখল অদু অরান্বনি । করিগুম্বা ঐনা রাঘব ওইরমদুনা শেল অদু ফংজরম্লবদি শেল খরগীদমক ঐ অমুক্ মীগী ঈ চুপখিগদ্রা ?" ভাইহাক্ তুম্মিন্না লৈরগা মাধবনা অমুক হায়রকই,—কান্নদবা রাসি থমখো, থবক্কী রা হান্না খন্নখিসি । ভসিদগী নংনা মণিগী মথক্তা অকুপ্পা মিৎয়েং চংগদবনি । ( ভাইহাক্ খল্লগা ) হয়েং অহিং সরোজিনী ঐগী নাক্তা ফাদুনা পুরক্কদবনি । শোইদ্রবদি মনা চাউনা পীগনি খঙ্লবরা !

অস্তুম্না রারী শারদুনা মাধব অমস্তুং অচৌ কা অদুদগী থোক্খ্রে । মখোয় চৎখিবগা চন্দ্রকিশোর য়াম্না রানা হোৎনদুনা হৌগৎলগা ফম্রে ।

খল্লকই, তম্থীরবশিং অসিনা ঐবু ফারবদস্ত পেন্দ্রহুনা সরোবুং ফাগদবগী থোরাংলি ! অহুবু নখোয়না খল্লিবা রাখল অহুদি অরান্‌বনি। ঐগী শিংলিদা ঈ মরিক অমত্তং পক্লিহৈদ: মাবু অরাবা পীবা ওমগদবা কনাগুম্বা অমত্তস্ত ওসি ফাওবা সংসারদা মরু হুন্দ্রি হায়বা নখোয় খঙদে ! অহুবু !!

মতম্ অসিদা নিপা অমা চান-থক্লবা খরা পুরহুনা থোঙ্ তপ্পা হাংদোক্লগা মাগী মনাক্তা খঙহৌদনা চংশিল্লক্লে। চংলক্লিবা নিপা অহুনা চন্দ্রকিশোরবু মুম্না য়েংলহুনা য়াম্না ওক্লা হায়রকই,—চন্দ্রবাবু মফম অসিদা...... ?

রাহৈ অসি তারবদা অওকপা মিৎযেংনা নিপা অহুবু মুম্না য়েংলহুনা চন্দ্রকিশোরনা হায়রকই ;—নংবু ঐনা অমুক্তস্ত উখিদ্রি ! নহাকপু কনানো ?

চংলক্লিবা নিপা অহুনা চান-থক্লবা অহু থম্লগা হংযবকই,— চন্দ্রবাবু ! ঐবু খঙ্‌বিদ্রবরা ? চহি মঙারোমগী মমাংদা ননাই ওইহুনা ইবুংঙোখোযগী সেবা তৌজরম্বা ননাই ইবোচা অহু ঐহাক্লি। মফম অসিদা লৈরিবা মী অমত্তনা ঐগী পরিচয় অশেংবা খঙদে।

ডাকুগী নম্থাক্লি খন্দুনা চন্দ্রকিশোরনা থাজদনা নোক্লহুনা হায়রকই,—নংবু ইবোচানি হায়বা !

নিপা অহুনা মকোয় লোথোক্লগা মাগী অশেংবা শকুম উৎলক্লে। চন্দ্রকিশোর ওকপগা লোইননা মহাকপু শংত্রিক য়েংলক্লে। হায়রকই— তাইবোচা ! মফম অসিদা কমদোনা লৈরম্লিবনো ?

ইবোচানা মাগী অহাপ্পা কোয় অছু অমুক হাপচিনখ্রে। মহাক্কা মরু লুক্থরত্থনা মমিত্তা ঈরা চেন্না হায়রকই,—লাইরবনা উপায় লৈত্রত্থনা অফ-ফত্তা রাখল থাদোক্কুনা মফম অসিদা লৈরিবনি। ( চন্দ্রকিশোরদা পুল্লিবা থৌরি অছু থাদোক্লগা ) বাবু ! সরোবু হযেং অহিং ফাত্থনা পুরক্লগা নম্থনা মণিগা লুহোংগনি হায়না তাই। অছুগা—

অসি হাযরগা মহাক্কা চন্দ্রকিশোরগী নাকোংদা মুকুম্-মুকুম্ শোল্লত্থনা করিনো থরা লোন্না হায়রকই। মাগী ব্রা অছু মুন্ন' ত রগা চন্দ্রকিশোরনা হায়রকই—ঐস্ত মছুমক্ চিংনরম্লিবনি। মসিগী ব্রসি থমথিসি। ঙসি মঙা তরুক্নি অসিগী মনুংদা মাধবনা ইবোপিশক কোবা পাথং অমা ফাত্থনা পুরকপরা ?

ইবোচা—ঙসি তরানিরোম অসিগী মনুংদা বাবু থাদনা নিপা অহুম ফারকই। অছুবু ইবোপিশক হায়বা পাথং অছু কনানো ঐ খঙ্জদে।

অস্তুম্না ঙাইহাক রারী শারগা মখোয় অনি কা অছুদগী থোরকপা মক্তদা কনানো অমনা "হোল্ড" হায়না লাউরক্লে। মখোয় অনি লৈরিবা মফম্ অছুদা চপ্ লেপখ্রে। থুদক্ অছু মক্তদা মাধব পিস্তল অমা পায়রত্থনা মখোয়গী মাংদা চংশিল্লক্লে। মাধবনা য়াম্না শাউনা ইবোচাবু থানা য়েংলত্থনা হায়রকই,—বিশ্বাস-ঘাটক্ ! নংদি মস্লিনা মতিক চাই।

ব্রা ঙাংবা লেপখিবগা লোইননা গুলি অমা পাইশিল্লক্লুনা থস্মোয়দা পাল্লবদা ইবোচা লৈমায় 'থক্তা লোংনা হাইথখ্রে। নোংমৈ মখোল তাবদা নিপা তরেৎ-নিপাল কা অছুদা চেন্শিল্লক্লগা চন্দ্রকিশোরবু

কোইশিন্দুনা লেপ্লরে। মাধবকী য়াথং মতুং ইন্না মখোয়গী মরক্তগী নিপা অনি চংশিল্লক্লগা চন্দ্রকিশোরগী মখুৎ অনি চেৎনা পাল্লরে। মাধবনা নোক্লহনা চংশিল্লক্লগা মখজায়দা খুবাক্পা শেৎ-শেৎ থারক্লে। হায়রকই—নংবুদি অমুক্তদা শিনবা হাৎলোই, মীহাৎ থিনা হাৎকনি। চৎলো, মাগী মরুপ অহুগী মনাক্তা পুখ্রো।

থম্মোয়দা ঙংহনা চাকৃখৎলক্লিবা অশাউববু য়াম্না রানা নমথরহনা চন্দ্রকিশোর তুম্মিন্না লৈখ্রে।

নিপা অনি অহনা চন্দ্রকিশোর অচৌবা কা অমগী থোঙ্‌জিল ময়াদা পুশিল্লক্লে। থোঙ্‌জিল ময়াদা ফিমু শেৎপা নিপা অমা থোঙডাক্‌পগী মওংদা রাইফল অমা পায়রহনা লেপ্লমই। নিপা অনি অহনা হায়বা মতুং ইন্না থোঙ্‌ডাক্‌পা নিপা অহনা থোঙ্‌ হাংদোক্লুনা চন্দ্রকিশোর মমুংদা চংহনখ্রগা থোঙ্‌ অহু অমুক্‌ লোন্‌-শিনখ্রে। অহুগা মহাক্‌ হান্নগী মফম্‌ অহুদা লেপ্লরে।

"মখোয় অনি অসি য়াম্না চোক্‌শিন্না শংগদবনি।" অসি হায়রন্নগা নিপা অনি অহু মফম্‌ অহু থাদোক্লুনা চৎখ্রে।

নোংপোক থংবা অতিয়াদা চীংগী নাপোমদগী ঙাঙ্‌লনবা মশেক্‌-মঙাল্‌গা লোইননা কোরোহনবা তপ্পা তপ্পা খোঙ্‌দোই হুল্লক্লে। স্নাহৌঙনবা উচেক্‌-স্নায়াশিংনা মখোয়-মখোয়গী মরোলনা মখোয় মশেল হৌদোক্লরক্লে। নুমিৎকী অরংবা মঙাল উরক্লবদা অহিংদা চাক্লরম্বা শা-উচেক্‌ পূম্নমক্‌ মাগী মাগী মকোল তম্না ঙম্না হুন্নখ্রে। থেংলবা অহিংগী অচিক্‌পা থুগায়রহুনা অপনবা লৈতনা চীংথক্তুগী লোক্‌ তম্না স্না-স্না লাউবা খোঞ্জেলনা ঈচেলগী তাল্‌ থারহুনা নুঙ্গায় থক্তা চেস্থরক্লিবা ঈফুৎ মচাশিংদা অহিংগী তম্‌পীরবা শাশিংনা লাউ-খোংহুনা কুমথরগা ঈশিং খক্‌পদা ঝপ-ঝপ লাউবা অমস্তুং নুমিৎকী য়াক্লবা মৈশানা য়ৈবদা কাহৎলবা অকংবা উরী-উনা নেত্তুনা চৎপদা খোঙ্‌থাং খুদিংগী সোরো সোরো, প্রেক্‌-প্রেক্‌ লাউবা তাবদা ভু চুংলবা, অকিবগী মশক্‌ ফংলবা অহুগুম্বা মখোল অহু অমুক্‌ তাবা ফংখিদ্রে। উচেক্‌-স্নায়া পূম্নমক্‌ মাগী মাগী মকোলদা লৈরিবা পাইবা হৈহ্রিবা নুংশিরবা মচাশিংগা পুক্‌মেন্‌-পাওমেন্নরম্নগা ঙসি নোংমাগী মচিঞ্জাক্‌ থিনবা মখোয় মখোয়গী শঙ্গূদা তিন্দুনা অতিয়া খেৎনা পাইখ্রে। শঙ্গূদগী চিৎথহৌহুনা নাইতোম্‌ তাহৌরবা চেক্লা কয়ানা ঙাইহাক্লেদি ঙাইরমখো হায়বগী মতাগুম্‌ খোঙ্গাহুনা মাংদা পাইখ্রিবা শঙ্গুগী মতুংদা থাপ্লপ্পা তাম্নখ্রি।

উশা অমত্তদা চেক্লা অনি চিল্লোক্লনা তোংলহুনা নুংশি স্নারী শারম্বদগী খঙ্‌হৌদনা লাবা অহু পাইথোক্‌খ্রে। নাইতোম্‌ তাহৌরবী চেক্লা অমোম্‌ অহু অরাবা স্নাখল কয়াগা লোইননা খোংল-খোংলহুনা ঙাইহাক্‌ কোইপাই-পাইহুনা লৌনম চাউবা অহু থিবা

ফংঅ্রবদা খঙ্‌হৌদনা নিংবা কায়না হল্লক্কুনা হান্নগী উশা অদুদা অমুক্‌ হন্না তোংলরে। মাইকৈ মরি লৈদুনা হন্না হন্না য়েংবদা কদায়দস্থু লাবা অদু উবা ফংঅ্রবদা খঙ্‌হৌদনা নংগী থম্মোয়দা হৌখ্রবা পূন্সিদা খোক্‌খিবা থৌদোক কয়া নিংশিংলক্লবোই! কায়না মৈচাক্‌ খাংবা ওয়ক্রুমাল্লে চেক্লা অদু খায়না মৈশানা কাহৎলবা থম্মোয় পুদুনা পাইখ্রে।

হে খায়না মৈশা লাংলবী চেক্লা! মফম্‌ অসি থাদোক্কুনা থাপ্পা পাইরগা থম্মোয় শান্তি ফংগনি খনবরা? অরাপ্পা মফমদা চৎলগা মুংশি-মৈচাক ময়েং ত গনি হায়না করিগুম্বা খল্লবদি—নংগী রাখল অদু অরানবনি। অস্থুপকী মতিক্‌ মুংশি-লম্‌দম্‌ লাপথোরক্লগা অদুক্কী মতিক্‌ মুংশি-মৈচাক্‌ হেনগৎলক্কনি। লাপ্পা থিরুদ্রবস্থু নংগী শেংলবা থম্মোয়দা পুক্লিং অনি লোংদনা থিন্নবদি, মদুদা লৈশেম্বা মপুগী মনা পুংলবা নিংশিং পান্বী অমা হৌরম্‌গনি। নংগী থম্মোয়গী মবুংভো অদুগী প্রতিমা নিংশিং পান্বী অদুগী উশা অমদা তোংদুনা লৈরম্‌গনি। মহাক্লা শোইদনা নংবু মনাক্তা তরাম্‌-তরাম্না কৌশিল্লক্কনি। উশা অদুদা চেক্লা অদুগা চিল্লোক্লনা তোংদুনা থম্মোয় পেন্না মুংশি রারী শাক্লরো। অদু ওক্টরবদি নং শোইদনা থম্মোয় শান্তি ফংগনি। তম্‌থীরবা সমাজনা য়োঁভম্‌দ্রবা মফম অদুদা ননিং তম্না খোংলুরো; খোংলুরোকো চেক্লা!

শুক্লবা জঙ্গল অদুগী মন্নুংদা নোংপোক্‌ পাংনা চৎখিবা শালম্বী অমগী মতুং ইন্না বিনোদিনী হুই অমুবা কালিনা মাং থারদুনা চৎলি। মতোমতনি হায়বগী থম্মোয়দা চিংনবা পোক্তে অমস্থুং শুক্লবা উমংনি খোঙথাং খুদিংদা খুদোংথীবা খোক্লবা য়াই হায়বগী মশাদা অক্বিবস্থু

লৈতে। মহাক অসুম লাক্পদা লম্বী অহু থেরু-খোইনা চেল্লিবা খোং অমনা কৈগাক্‌কৈনা থত্তুনা লৈরম্লে। খোং অহুগী মপান্দা চংশিল্লগা নুংজাও অমগী মথক্তা লেপ্লরে। উরে, কোইনা চেল্-চোংলহুনা শান্নবদা মশা চোক্থরবা শজি মচা মঙা-তরুক্ পোং অহুদা চেম্বুরকুনা ঈশিং থক্লরে। ভাইহাক্ লৈরগা শজি মচাশিং অহু মফম অহু থাদোক্কুনা চেনখ্রে। বিনোদিনী খোং অহুগী মতুং ইন্না অঙম্বা চীং তম্না চৎলি। থরা চৎলগা মহাক্ খোং অহুগী লৈ-রায়দা ভাম্থনা হৌরিবা উজাও অমদা ভাৰহুনা লেপ্লরে। মহাক্না মাং থারহুনা চেল্লক্পদা র'রবা কালি মরৈ হা-হা তম্লহুনা মখোঙ ময়'দা কুপ্লরে। মফম্ অসিদা চপ্ ঙম্লবা চীংথক্কী য়াংলবা ইচেল অমা খোং অহু তম্ন' চেম্বুরক্কুনা নিংখিজরবা ঈশিংচাইবী অমা শেম্লি। অরাংবা চীংথক্কী ঈচেল কযা ফাংনা অকনবা শাফু অমগা লোইনমা চেম্বরক্লিবা ঈচেল অহুনা তোথোক্কুনা মফম্ অসিদা পুখ্রী মচা অমা শেম্লি। বিনোদিনী মীওইবগী থম্মোয় শুদ্ধংনবগী মশক্ ওইরবা ঈশংচাইবীগী দৃশ্য অহু য়েংলি।

থওহৌদনা মাগী থম্মোয়দা হৌখিবা পুন্সিগী মতাং অমা নিংশিংলক্লে। হৌখিবা মতমদা থোকখ্রবা থৌদোক কয়া মথং মথং মাগী থম্মোয়গী মিৎনা শং-শংনা উরক্লে। থাবল ফরবা অহিংনি! তশেংনা নিংশিংলি! মিৎকুপ খরদংগী মমুংদা থোক্খিবা থৌদোক্লি। মহু মহাক্ পুন্সিগী কাউবা ঙম্লরোই। থাজগী মঙালনা য়ৈবদা তপথত্রবা মাগী থম্মোয়গা মহৌশা লাইরেম্বীগা মরুপ ভাইহাক শান্নরুরগা খুরবা চীং লম্বী অমগী মতুং ইন্না ময়ুম্দা হল্লকই। লম্বীময়াদা চপ লেপখ্রে। উরে,

খোং অমগী ময়াদা নুঙ্গায় মথক্তা মীগী হকচাংগুম্বা অমা তাদুনা লৈ। ইঃ !! কনানো তৌরিবসিদি ! ডাকুনা হাৎলগা মক্ষম অসিদা হুদোক্কুনা থনম্লিরবা ! শোইদনা ডাকুশিংনা শেল-থুমগীদমক্তা মাবু হাৎপা ওইরম্‌গনি। তম্‌থীরবা ডাকু ! নখোয়না মরাল লৈজদবা মী কয়াবু চিংনবা লৈতনা অস্তুম্না হাৎলি। নখোয়গী থম্মোয়দা মীনুংশিগী মঙাল খজিক্তং ফংলম্লবদি নখোয়না অস্তুম্না থক্‌ কৈদৌ-ঙৈদস্ত তৌবা ঙম্লোই। নখোয়দি শাদগী হেন্না তেল্লবা জীবনি। নখোয়গী থম্মোয় অসি ওস্তোক্না তম্‌থীন কনখ্রেদকে ! অদুবু ঐস্ত ডাকু অমগী মচলনি। মীগী অরাবা উরগা থম্মোয়দা করিগী মীনুংশি ফাউরক্লিবা ! ঐদি মীগী অরাবা উরগা অস্তুম্ন রাগদবা নত্তে, নোক্কুনা য়েংগদবা নত্রা ! হে ঈশ্বর ! নংনা ঐবু করিগী ডাকুগী মচল ওইনা পোক্‌-হনবিরিবনো? ডাকুগী মচল ওইহল্লগা করিগী মীনুংশি থঙহল্লিবা? কনানো? মহাক ঐগী কনানো? মাবু উরগা মীনুংশি পোক্লিবা করিগীনো? — করিগীনো? মীনুংশিগী ঈথক্না থুঙ্গাৎলবা মিৎয়েংনা মাবু হন্না হন্না য়েংনিং-ঙলবা করিগীনো? থঙহৌদনা ঈরা চেল্লক্লিবসিনা করিগীনো? থম্মোয়দা অস্তুম্না হন্না হন্না হংলবস্ত মতিক্‌ চাবা পাওখুম্‌দি পীবা ঙম্‌দ্রি।

মহাক্না জ্ঞান য়াউদনা অশিবগুম তুদুনা লৈরিবা পাখং অদুগী মশা পায়দুনা য়াম্না চোক্‌শিন্না য়েংলকই। স্বর হোন্দ্রে শিরমাল্লে ! নত্তে, মদু ওইথোক্তবান ! শোইদনা হিংলম্‌খিগনি। হৌজিক ফাওবা মশা ফোং-ফোং শারি। স্বর হোল্লি, য়াম্না পিক্না মতেক মতেক ওইনা !

জ্ঞান তাদ্রিবা পাখং অদুবু মহাক্না ময়ুমদা পুরক্লগা কয়া রানা লাইকল্লখিবা, পুন্নমক মথং মথং নিংশিলক্লে।

অহুবু অরা-নুংঙাই খিবিক্লা থল্লবা মাগী হৌখিবা পুন্সি নিংশিংবগী ঈচেল অহুদগী খঙ হৌদনা তমথীরবঃ মাধবকী রাখল নিংশিং-লক্লবদা য়াম্না নুংঙাইতবগা লোইননা মথন্তা শোনজরকই।

"নহাক ঐগী ইবুং নত্তবা !"

"অদুদি ঐ কনানো ?"

"ঐগুম্বী তোল্লবী কনা পৃথিবী অসিদা লৈরিবগে ! ইমা-ইপা কনানো খঙ্দবীনি। শাগৈ-জাৎসু মফম্ খঙ্দ্রবীনি। সংসারদা কনাসু লৈজদ্রবীনি। ইশানা ইশাবু খঙ্জদে। পাক্-চাউরবা সংসার অসিদা কদায়দসু চংজফম্ লৈত্রবীনি। নত্তে ! লৈ, ঐগী চংজফম্ লৈ। থম্মোয়গী থুপ্লবা কাচিন্দা ঈরাৎচরিবা পাম্মুবা মহাক্না ঐগী চংজফম্নি। মহাক্না ঐগী পুন্নমক্নি। চন্দ্রকিশোর লৈবা সংসারদা ঐগী করি রাৎকনি ! নত্তে, নত্তে ! ঐগী রাখল অরানবনি ! করিগুম্বদসু মহাক্না ঐবু চংজফম পীবিরক্নরোই। ঐদি চংজফম লৈত্রবী লমজানি। মসি খঙন-খঙ্না মহাক্না ঐবু চংজফম পীবিবা ওইথোক্তবনি। সংসারদা ঐগীনি হায়বা কনা লৈত্রে !"

"ইমা ! নহাক কদায়দা লৈবগে ? করিগুম্বা তোল্লবী নচাগী অরা-খোঙ্গেল তারবদি ইমাগী ইবেম্মা হায়না তরাম তরাম অমুক্তা কৌবিরোগবা ! ইমাগী কুংশিবা শক্তম উবা ফংজহৌদ্রবী লাইবক থীরবী নমোমগী চংজফম লৈত্রেনে ইমা !"

বিনোদিনী হিক্ল-হিক্লা কপ্লক্লে। মিৎকুপ থরগী মতুংদা মহাক তুমিন্না লৈখ্রে। অসুম্না য়াংলবা রাখলগী ঈচেলদা তাউথরি।

## ১১

অচৌবা কা অমগী চিদায় অমদা মৈরা অমা মুশি-মুশি ঙাল্লি। মৈরা অদুগী মঙালনা কা অদু মপুং ফানা ঙালহন্দুনা অমম্ববু নিংথিনা তাম্বোকপা ঙমদে। কা অদুগী অয়াম্বা শরুক য়াম্না শাথীনা মম্মী। অমম্বা শরুক অদুদা খঙ্‌হৌদনা ফক্লাংদগী নুং মচেৎ মচেৎ কিম্বুরকপগী মখোল চন্দ্রকিশোরনা তারক্লে। মহাক্না চিংনবগা লোইননা অমম্বা মাইকৈ অদুদা মুম্না য়েংলকই। অমম্বা মরক্তা ফক্লাং ময়াদা কনাগুম্বা নিপা অমা লেপ্পুনা লৈরম্বা মশেন-মরাং ওইনা উরবদা মাগী থম্মোয়দা চিংনবা রাখল পোল্লক্লে। ঙাইহাক তুমিন্না মমি-গুম উরিবা নিপা অদু যেংহুনা লৈরুরগা মহাক্না হায়রকই ;—কনানো ?

অমম্বা মরক্তা লেপ্লহুনা লৈরিবা নিপা অহুনা য়াম্না তপ্না খুম্লকই, —ঐনি চন্দ্রবাবু !

খোঞ্জেল অদু খঙ্‌বা ঙমদ্রহুনা চন্দ্রকিশোরনা হংলকই,—ঐনি হায়বদি কনানো ? অদুগা মফম অদুদা করি তৌরিবনো ?

নিপা অদুনা শেংফাত্তবা খোম্বাংনা হায়রকই,—তুম্মিন লৈবিয়ু। রা মচেৎ অমত্তা ঙাংবিদনা 'সিদা চংশিন্‌বিরকউ।

মশেন-মরাং ওইনা উরিবা নিপা অদুগী মনাক্তা চন্দ্রকিশোর চিংনবা অমদি খঙ্‌নিংবা রাখলগা লোইননা চংশিনখ্রে। নিপা অদুনা অমুক হায়রকই,—ঐনা য়াম্না রানা হোৎনহুনা মফম অসিদগী থোকথিবা য়াবা লম্বী অমা ফক্লাংগী নুং ফক্তোক্তুনা শেম্লে। ঐখোয় হৌজিকমক অরোনবা লম্বী অসিদা থোকখ্রসি।

পাঠক ! নিপা অসি ইবোপিশক্নি। ঐখোয়না মহাকপু মধবকী ইমুংদগী মণি, ক্রেহো অমসু' মাধব মখোয় অহুম্না মখোঙ্-মখুৎ পুন্দুনা পুথিবা অত্থদগী উবা ফংথিদ্রবনি অমসুং মাগী মরমদা করিমত্তা খঙ্খিদ্রবনি। মফম অত্থদগী মখোয় অহুম্না মাবু ফাত্থনা পুরক্লগা শুক্লবা লোক্নুংগী তমথীরবা কা অসিদা বন্দি ওইনা থম্লিবনি। ডাকু-শিংগী মফমদগী মহাক্না নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক্তা তল অকোইবা মচা অমতংগা ঈশিং কৌতা অমতংগা ফংই অমসুং নুমিদাংদনা ঈশিং কৌতা অনিথক ফংই ! মত্থনা মহাক করিগুম্বা মওং অমদা য়াম্না ৱানা হিংলিবনি।

ইবোপিশক্ অমসুং চন্দ্রকিশোর মখোয় অনি কা অত্থদগী অহোবা অত্থদা লিৎথোক্খ্রে। অত্থবু অৱাবনি ! অতোপ্পা কা অমত্তু লৈরম্লে। কা অত্থ অসুক তমথীনা মম্মী মত্থদি, মখোয় মশানা মশাবু উবা ফংদ্রে। য়েংখি- য়েংখিবা মাইকৈদা অমম্বা নত্তনা করিসু উবা ফংদে। কা অত্থ অমম্বগী সমত্রুনি হায়বা য়াই। মিৎ উইশিনবগুম্ মম্বা অত্থদা মংলা হায়না মখোয়গী থম্মোয়দা চিংনবা ফাওরক্লে। ডাকুশিংগী মখুত্তগী নাম্থোক্লবা উপায় উথিদ্রে। ইবোপিশক্না হায়রকই—কা অসিদগী থোক্খিনবা থোঙ্ অমত্তা লৈত্রমাল্লে !

ভাইহাক্ খল্লগা চন্দ্রকিশোরনা হায়রকই,—ঐখোয়না পোরক্পা কা অত্থগা .মসিগা ফাওনবা থোঙ্ অমত্তা লৈতে। কা অসিদা থোঙ্ অমদি শোইদনা লৈরম্গনি।

মখোয় অনিনা অমম্বা মরক্তা অসুম মাত্থনা থিরকপদা ফক্লাংদা নপশিন্দুনা লেপমুক ৱাংবা নুংজাও অমা ভাত্থনা লৈরম্বা থেংনকরে। হুনাং

তপ্-তপ্ ভানা, য়াম্না ৱানা মখোয় অনিনা য়াম্না কুইনা ইস্থোক্লবা হোৎনরবা মতুংদা নুংজাও অচু ক্রেক-ক্রেক লাউবা য়াক্লবা মখোলগা লোইননা তপ্না তপ্না ওন্থরক্লে। নুংজাও অচুনা কন্দুনা লৈরম্লিবা মফম অচু মক্তদা মী অমা লিৎথোকপা চনবা অকোইবা অহোবা অমা লৈরম্লে। মচু উরবদা মখোয় হৱাওবগী ওমথৈ লৈখিদ্রে। হৱাও-মোমোন নোক্লচুনা অমম্বা-সমজ্রগী শক্তম লৌরিবা কা অচুদগী মখোয় অমমম অহোবা অচুদা লিৎথোক্লুনা মপান্দা থোক্খ্রে।

চন্দ্রকিশোর অমসুং ইবোপিশক সুরুং মসুংগী অমম্বা কা অদুদগী মপান্দা থোরক্লে। মতম অদুদা অতিয়া শিন্ থুংনা থরানমিচাকশিং ঙগুপ-ঙরেং থোক্লমই অমসুং থাজনা নোক্ফেৎ তৌরদুনা পিক্ল-পিক্লবা লৈচিন্ মপৈশিংগী মরুমৃদা মরক মরক্তা অমুক অমুক লোৎলদুনা শান্নরমই। ইবোপিশক মুংঙাইবগী মুংশা মপী অমা শাংনা হোন্দোরক্লে। হায়রকই—থোঙ্ঙাকপা অদু মশক খঙ্বিবরা ?

চন্দ্রকিশোরনা হায়রকই—খঙ্দে ; নহাক খঙ্বরা ?

ইবোপিশকনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই,—মশক খঙ্বগুম তৌই। মাগী থোঙ্গেল অদু খঙ্নবা কনাগুম্বা অমগী য়াম্না মাথ্রি। অদুবু কনানো হায়বদি নিংশিংবা থোক্তে। ডাকু ওইরবস্তু মাবুদি থাগৎতবা ঙম্লোই।

চন্দ্রকিশোর—করিগী ?

ইবোপিশক—মাগী মতেং ফংলমদ্রবদি ঐখোয় মপান্দা থোরকপা ঙম্লোই।

চন্দ্রকিশোর—মানা মতেং করি পীরিবা ?

ইবোপিশক—ঐনা ফক্লাং হুৎতোক্পা য়োংতেক্ মচিল তুম্বা অদু মহাক্তা পীবনি। অদুগা মহাক ঐবু শংবা নত্তে, ঐ চেনবা য়াননবা মী য়েংবনি হায়বা য়াই।

চন্দ্রকিশোর—অদু ওইরবদি মঙোন্দা মাগী পরিচয় হংবা য়াদ্রা ?

ইবোপিশক—ঐনা হন্না হন্না হংবদা ডাকউ হায়বা শুকয়া য়াদে। মাগী খদাংচেৎ অদু অমুক্তা লৌথোকউ হায়বস্তু য়াদে। মতমগী মতুং ইন্না খংলকনি হায়বা অসিনা ঐগী য়াহং খুদিংমক্কী পাওথুম ওই।

চন্দ্রকিশোরনা শোম্বাংননা হায়রকই,— ফরে, চৎলসি।

শুক্রবা চীংলৈবাক্তী নারক্-মোংশোং কন্না শন্নহুনা মখোয় অনি মফম অহুদগী য়ান্না থাপ্না চৎথোরক্লে। লম্বী চৎনা চৎনা চন্দ্রকিশোরনা হায়রকই,—থোঙ্ভাকপা অহু মশক্ থঙ্ই। অহুবু হৌজিক্তি ঐ মাগী মরমদা করিসু হায়ররোই। মহাক্না নংভোন্দা মতমগী মতুং ইন্না থঙ্লক্নি হায় হায়খিবা মতম অহু ইকুই-কুইররোইদ্রা খল্লি।

রাহৈ অসি তারবদা ইবোপিশক ইঙ্ক্-ওক্না মহাকপু রেংলি। মাগী থম্মোয়দা থোঙ্ভাকপা অহুগী পরিচয় থঙ্নিবগী ঈকুৎ অমা ফাওরক্লে। অহুবু মহাক তুম্মিন্না অহুম্ লৈখ্রে।

মতম অসিদা থঙ্হৌদনা লমদম্ তা-ম্না তান্না: কৌবী চেক্লানা খোংলকপা হুংশিরবা সুরগা লোইননা ঈংনা তপ্না শক্লকপা হুপীগী থুন্নবা খোঞ্জেল অমসু য়ান্না নক্না তারক্লে। মখোয় অনি ঈশৈ অহুগী থোঙ্গুল লিহুনা অসুম লাকপদা সুরুং অম' থেংনরে। খোঞ্জেল অহুসু মহুদগী থোরক্লিবনি হায়বা থঙ্লে। অহুবু করম্না লাইরেম্বীগী শাইওন্না মখোয়গী থম্মোয় খুত্নম চন্নবগী দমক্তা অসুক তমথীরবা হিংসাগী তুংনকম্ অমসুং শাশিংগী শান্নবুং ওইরিবা উমং অসিদা মশক্তি উহন্দনা তাইবং পুক্লিং শুম্মাৎলবা ঈশৈ শক্লিবোই! মিৎকুপ খুদিং, থোঙ্থাং খুদিং খুদোংথীবা থোক্লবা য়াবা মফম্লি হায়বা মখোয় কাউথ্র-মাল্লে। মশোয় অনি খোঞ্জেল অহুনা চিংহুনা তপ্না তপ্না চৎশিনখি অমসুং সুরুং অহুগী ময়াদা নুংগী মূর্ত্তিগুম্ লেপ্লুরি।

অহুবু ঈশৈ অহু অমুক তাবা ফংখত্রে। চন্দ্রকিশোরদি ঈশৈ অহু হন্না হন্না তানিংলি। অহুবু পেন্‌বা নাইত্রবা থম্মোয়না অমুক তাবা ফংখিত্রে।

"খঙ্লে! ঊমং লাইরেম্বীমা ঐখোয়গী খুদোংথীবসি উবদা অরাবা ফোংদোক্লুনা শকথিবা পুক্লিং শুম্মাংলবা ঈশৈনি!" অসুম্না চন্দ্রকিশোরনা খল্লকই।

ঈশৈ অতুনা শুম্মাংখিত্রনা মখোয় অনি ন্ংনা শাবা মূর্তিশুম রাখলগী পল্লেপফম্ খঙদনা তুম্মিন-তুম্মিন লেংদনা লৈরিঙৈ মতম অসিদা সুরুং মপুংদগী চুইজাও অমুবা অমা চেম্মোয়রক্লগা মখোয়বু শংত্রিক য়েংলচুন খোংলরে।

"কালি! কালি!"

"মানি, সুপীগী খোঞ্জেলনি!" চন্দ্রকিশোরগী থম্মোয়গী রাখল, শেংফাত্তবা খোঞ্জেল ওইনা থোরক্লে। খল্লকই, মফম অসিদা করম-ত্তৌনা চুই অসি লৈরম্লিবা! অতুগা সুপীগী থোংন-মেংলবা খোঞ্জেল হুম্না হুম্না তারিবসি মীওইবগী খোঞ্জেল মক্লা! সুরুং অসিগী মপুংদা কনাগুম্বী সুপী অমা লৈবরা! অতুবু খুদোংথীরবা মফম অসিদা মীওইবনা চংজফম লৌচুন লৈবদি ওইখোক্কবনি। মীওইবনা শাশিংগী থয়াত্তগী নাম্মোক্লুনা মতম কুইনা হিংচুনা লৈগনি হায়বা থাজবা ঙমদে। স্বর্গগী জগোই শাবী কনাগুম্বী অপ্সরা অমগী অওকপা মায়ায়া! মহাক্লা লৌনম তৌচুনা চিক্লবা মফম অসিদা মাগী মায়ানা শুম্মাংলগা ঐখোয়বু অরাবা পীগে থৌরাংলিবরা! অসুম্না কয়া খল্লকুনা রাখলগী পল্লেপফম খঙদ্রবা চন্দ্রকিশোর থম্মোয়দা অশেংবা খঙনিংবা রাখল অমনা লমজিংচুনা মুশিন-মুনা উরিবা সুরুং অতগী মনাক্তা চংশিনখ্রে।

মহাক্না অস্মুম্না অমুক মণ্ডল মণ্ডল থল্লক্নে। খোঞ্জেল অসি তোরগা ঐগী থম্মোয়দা মফম খংদনা সুংঙাইবগী ইথিন ফাওরি। মিরবা খোঞ্জেল অসি তত্তনা তানিংলি ঐগী পেনব নাইত্রবা থম্মোয়না! খঙ্হৌদনা চিংনবা ৱাখল কয়াগী ঈশক্ হৌরক্লি। চিংনবগী মরমস্তু খঙ্বা ঙম্দে। অদুগা মতম্ কুইনা তাখিদ্রবা খোঞ্জেলগুম্ তৌই। অমুক্সু মাবু উনিংবনা খোইবাংলি। অদুবু চিংনবা অমনা ৱাখল অদু থিংখিবগুমস্তু তৌরি। পুক্নিং অসিসু ইনৌ নৌরক্লে। থম্মোয় অসে লৈরাংদগী তেন্না থোংলক্লে। মেংন-থোংলবা খোঞ্জেল অদুনা ঐগী থম্মোয় চিংতুনা মনাক্তা পুথিবগুম্ তৌরি। ঐগী থম্মোয়দি কনাগুম্বা অমগী মফমদা পীথে কৃথ্রবনি হায়দুনা লোংতুনা থম্গে থোরাংবা অরেম্বা ওইরে। পুক্নিন অসুম হায়রক্পগুম্ তৌর। "চিংনরুন্নু, নংনা থম্মোয় পীথে বৃথ্রবী মহাক্না মপোং অদু লৌখিবা ওইরিনি!" তপথদ্রবা পুক্নবু ঙাইহাক্তা পোত্থহন্বা ঙম্দ্রি। হুই অসিবু মনাক্তা কৌশিল্লিবী মহাক অদুবু উনিংবনা খোইরাংলি। অদুগা মহাক ঐঙোন্দা থম্মোয় কংথোক্খ্রবীনি হায়না থাজবা ৱাখল অমা ফাউরক্লি. ঐগা থম্মোয় শিন্নখ্রবীদি ঐগী থম্মোয় লৈকোন্দা ফুগায়না শাংলিবী বিনোদিনীনি। অদুবু মহাক ওইরমগনি হায়বস্তু থাজবা ঙম্দে। অমবু ওইরবস্তু অমবু ওইরবস্তু মহাক শেইদনা লৈরাংগুম্ থোং-নৌরবী ওইরমগনি হায়নদি থাজদবা ঙম্দে। মহাকপু উনিংবনা তপথবা লৈতনা য়েংতুনতা লৈরিবা মিং অনি অসি কুপ্কনি হায়বা কাউথিবগুম্ তৌরি। খঙ্লে, থম্মোয়গী থুপ্পবা কাচিন্দা লোংতুনা থম্জারবী মহাক্না ঐগী থম্মোয়-নাকোংদা মাগী মুংশিরবা খোঞ্জেল অসি তাহল্লিবনি।

চন্দ্রকিশোর খরা অমুক চংশিল্লগা চপ্ লেপখ্রে। ইবোপিশক তপ্পা তপ্পা চংশিল্লক্লগা মাগী মতুংদা লেপ্লরে। মতম অসি ফাওবা হুই অছু মখোয় অনি তম্না চোংশিল-চোংশিল্লহুনা খেংলি। অছুবু চন্দ্রকিশোরগী মমিত্তা হুইজাও অছু উচি নচাগুম্ করিম্নু লৈতনা উরক্লে।

মতম অসিদা সুরুং মসুংদগী নুপী মচা অমা থেরক্লে। মহাক্না হুই অছুবু যম্ম নুংশিবগা লোইননা নাল্লহুনা থেমজিল্লক্লে। নুপী মচা অহুনা মাগী থোংলবা খুৎনা তপ্পা তপ্পা নাল্লক্লবদা হুই অছু মমৈ ফিরাল শারহুনা ভুম্মিন্না লৈখ্রে। নুপী মচা অছুনা অসুম য়েংলক্পদ অহিং লাইরেম্বীগী ঈ লবা নুংশিংনা য়ৈবদা তপনা তপনা হাই-হুম্লিব উ-রা, উরি-রাবী নত্তুনা অতোপ্পা করিম্নু উবা ফংদে।

পাঠক! হৌজিক্তু মফম অছুদা লৈরম্বা পাখং অনি অছু কদায়দা চৎখ্রবগে হায়না চিংনবিরম্বা য়াই। নুপী মচা অসিনা সুরুংদগী থোরক্পা খুদক্ অছু মক্তদা চন্দ্রকিশোর অমসুং ইবোপিশক উজাও অমগী মরুনদা লৈশন্দুনা লৈখিবনা নুপী মচা অসিনা উবা ফংদ্রিবনি।

থাবল ঈপোম মরক্তা, লিরি-লিরি শিৎপা নুংশিংতা নুপী মচা অছুগী মুশিন্-মুনা ফারবা শম্লাং অছু কর-কর হাইরি। থাজগী ঈংলবা মঙাল-মশেক্না শম্নাশিংদা য়ৈবদা ইরুং লংখৎলক্নি। মথোক্-কারকপগী বসন্ত ঋতুনা থোগল্লিবী, নৌজরিবী মাম্নী মাইথোং অছু মেংলবা থাবলগী ঈপোম্না। য়ৈবদা খোইমুশিংগী পুন্সি মোংফম্ ওই-রগদবা উনারক্তা পোমশাংনরিবী লৈরাংগুম্ নিংখিজরি। মহাকপু

চন্দ্রকিশোরনা থাজগী মঙালদা য়াম্না শেংনা উবা ফংলে। মাগী থম্মোয়দা থাজদবা অমম্বুং অঙকপা রাখল কয়ানা ওৎ-নৈবা হোৎলক্লে।

নুপী মচা অসি পাঠক্লা খঙ্বি উবিদ্রিবা অতোপ্পা কনানু নত্তে। চন্দ্রকিশোরনা অহিংদা মাধবকী ইমুংদা চংলুবদা লময়াইদা ঈ তাহুনা লৈরম্বা উবদা মাধবনা হাৎখ্রবরা হায়না থম্মোয়দা চিংনবা পোক্খ্রবা বিনোদিনীনি। করিগুম্বা নুপী মচা অসি হেলোইমক্ ওই-রম্লবদি চন্দ্রকিশোর থোইনা অঙকপা অমম্বুং চিংনবা পোক্রম্দবা য়াই।

উ মরুমদগী নিপা অনিশক্ চংশিল্লক্পা উরবদা বিনোদিনী পাখৎখ্রে। চংশিল্লক্লিবশিং অদু মাধব অমম্বুং মণিনি খল্লুবদা কিবনা থক্-থক্ নিক্লহুনা মহাক্ য়াম্না ফিংনা স্বরুংদা চেন্শিন্গদবগী তৌবা থুদক অদু মরুদা চন্দ্রকিশোরনা হায়রকই ;—বিনো ! ঐনি কিগনু।

র'হৈ অসি তারবদা চিংনবা থর কোক্লহুনা বিনোদিনীনা নিপা অনি অদু তথক্-তপক্লা য়েংলকই। অমুক্ হন্না উন্নবা ফংদনা শায়না মৈচাক্লা থম্মোয় কাথেক্লুনা মফম অসিদা পূন্সি য়াহিপ তাল্লগদ্রা চিংনরম্লবী মহাক্লা থম্মোইদা লাৎতুনা থম্জরিবা মূর্তি অদু মনাক্তা চংশিল্লক্পা উরবদা মাগী মিৎলুদগী মুংঙাইবগী পীরাং শিন্থরক্লে। অঙকপা, চিংনবা অমম্বুং হরাও-মুংঙাই খিবিক্লা পুল্লপ তীন্থিহুনা চন্দ্রকিশোর রা ঙংবা থোকখিদ্রে।

অম্মুরা ঙাইহাক্ মফম্ অদু ইচিক্-চিক্লা লৈরবা মতুংদা চন্দ্র-কিশোরনা হায়রকই,—বিনো ! মফম্ অসিদা নহাক কররা ......?

চীংমুং অসিদা অরাবা কয়া খা'হুন' লৈরম্লিবী বিনোদিনী মরু লুক্থরহুনা কপ্লক্লে।

চন্দ্রকিশোর—কপকন্ন বিনো! করিগী কপ্লিবনো?

বিনোদিনী—সংসারদা কনা লৈজদ্রবীনি। উপায় লৈত্রহুনা মক্ষম অসিদা—

অসি হাম্বরগা মহাক হিক্ হিক্ কপ্লক্লে।

চন্দ্রকিশোর—করিগী চিনরি! ঐগী পূন্সি অসি নংগীনি। নংগী ওইহুনতা লৈরগদবনি। নংদি ঐগী নত্রবরা?

বিনোদিনী—ঐদি মত্রিক্ চাদবীনিনঃ ইস্তোক্পিগদ্রা চিংনজব-শতনি। অহিং-নুংথিল অনিদা নংগী রাশলতনা লেনজ্জরিবনি।

চন্দ্রকিশোর—বিনো! নং করিমত্তা চিংনগন্ন। করম্তৌনা মক্ষম অসিদা লৈরম্লিবনো হয়ম্ু?

বিনোদিনী—পোক্মিন্নবা ইবুংনি হায়হুন মকদা য়েৎত্নুনা লৈজরকপা মাধব ইবুং নংলমদ্রে, য়েক্লবা ওইরম্লে! ঐ শগৈ-জাৎ মক্ষম খওদবী লমজানি। লোম্না চেল্লক্লগা মহক্কী থিরকপদা ফংদনবা সুরুং অসিদা লোৎহুনা লৈজবম্লিবনি।

অসি হায়রগা মহাক মরু লুকথখ্রে। চন্দ্রাকশোরনা মহক্কী মকোক্তা নাম্লহুনা হায়রকই,—করিমত্তা রাগল্লা পূন্সদা অরা-অনা কয়া নংলিবা অসি ঈশ্বরগী থুশেম্লি।

মনাক্তা অতোপ্পা নিপা অমা লৈ হাযবগী ঈকাইবা, হঙ্গোইবা পূম্নমক থাদোক্লহুনা চংজফম ফংলরোইদ্রা চিংনরম্লবী, অরাবা শকফম পুরবী বিনোদিনীনা নোকমি-নোকমি তৌরহুনা চন্দ্রকিশোরগী থবাক্তা তপনা ভাথজরক্লে।

খজিক্তস্থ লেংবা ভমদ্রি। অচুবু ডাকুশিংনা উখিবা খোক্লবদি মথরায় হিংলরোইদ্রা হায়না চিংনবা ৱাখল কয়াগ। লোইননা মখোয়না উকক অচু ইন্থখিনবা হুম্না হুম্না হোৎনরি।

মতম অসিদা কদোমদগীনো খঙহৌদনা ফিমু শেৎপা নিপা তরা ফন-ফন চোংথোরক্লগা মখোয়বু কোইশিন্দুনা লেপ্লরে। ডাকুশিং অচুনা হায়বা মতুং ইম্না মখোয় মঙামক য়াম্না কিনা মখোয় মখোয়না তোংলকপা গাড়ীদা কাখৎখ্রে। ডাকুশিং অচুগী মরক্তগী অমনা ললোনবা নিপা অচুদগী অয়াউবা শেল-থুম পূম্নমক মুনখ্রে। ডাকু অমনা লাইরবা নিপা অচুদা হায়রকই,—নংগী অয়াউবা শেল পূম্নমক পুথোরকউ নত্রবদি অরেম্বদা নথরায় মাংগনি।

লাইরবা নিপা অচু মশা থক-থক নিক্লক্লে। মহাক্না য়াম্না কিনা হায়রকই.—ঐ হৌজিক্তি পৈশা অমত্তা য়াউজদে। মাওদা লৈবা মহাজন বাবু অমদগী শেল লৌবা চৎচরিবনি।

ডাকু অচুনা হংলকই—মাংদা লৈবা মহাজন হায়বদি কনানো?

লাইরবা নিপা—খঙজে! মহাক্তি মমাংঙৈগী মুংশিরবা মরুপ্নি।

রাহৈ অসি তারবদা ডাকু অচু তুম্মিন লৈখ্রে।

অতোপ্পা ডাকু অমনা মধুদা য়াউরিবা সনা-লুপা পূম্নমক পীয়ু হায়রক্লে। মধু না লুপা অমগী নোট মপুল অমা ডাকু অচুদা পীরে। শেল অচু লৌরগা ডাকু অচুনা হায়রকই,—মসিদি লুপা চাম্মতনি। লুপা লিশিং মঙাদগী তারবদি ঐখোয়না নংবু থাদোকপা ঙমদে।

মধুনা হায়রকই—ঐঙোন্দা অয়াওবমখৈ পীজরবনি। ঙসিদি মচুদা লৌবিরো। মতুংদা ঐনা ঙম্বা খরগা পীজগে।

নোক্লহুনা ডাকু অহুনা হায়রকই,—মধু ! নংগী নমথাক অহু ঐখোয়দদি য়ারোই। নংবু ঙাইরকপা মতম কুইরক্লবনি। শেল অহু পীদবা য়াদে।

মধু—নখোয়গী লুচিংবা রাঘব ডাকুনা ঐঙোন্দগী মফম অসি-রাইদা লুপ লাক্ষ অহুম মুনখিবদগী ঐ লম্বীগী চাক্লিবগুম লৈরবনি। হৌজিকপু কদায়দগী অহুক য়াম্বা লুপা অহু লৌরুগদগে ?

ডাকু—নত্তে, মহাক ঐখোয়গী লুচিংবা নত্তে! অহুগা লুপা অহু মুনখ্রবসু নংগীদি অমাংবা লৈতে। মহুনা নংগীদি কান্নবনি: স্নাজাও বাবুগী অয়াম্বা মরল-মথুম নংগী শুইহৌরবনি। অহুবু মাগী অপংবা মচা অনি অহুদি নংগী অশেংবা নশক খঙজ্রি! অপংবা অনি অহুদা নমথাক তৌবা ঙম্লবসু ঐখোয়দদি ঙম্লোই।

ডাকু অহুনা হাযরিবহু চুম্বনরা নত্রগা মাবু কিবনরা করিননো মধু রা ঙাংখিদ্রে। মহাক্না নোট মপুল মঙা ডাকু অহুদা পীখ্রে।

ঙাইহাক লৈরগা ডাকুশিং অহুনা লম্বী ময়াইদা ফৈহুনা থম্লিবা উকক অহু লোকখাদা ইস্থখ্রগা গাড়ী অনি অহু থাখ্রে।

× × ×

সেবা হোটেল অসি শুক্রবশিংগী তুংনফম্লি। হোটেল অসিগী প্রোপ্রাইটর য়েংবদা য়াম্না পুকচেল চাউবা অফবা মী মাল্লি। অহুবু মপানথোংদা উরিবা অহুনা মহাকী অশেংবা শক্তম নত্তে; মহাক্তি য়াম্না লৌনমচাওবা ফত্তবা মীনি। মাগী মপানগী ফিভম অহু উবদা পুলিশকী মী অমত্তনা মাগী খুজিল থোরাংনা হোটেল অসিদা মীওইবগী মাংল-তাক্লবগী মশক ওইরবা পাপকী থবক কয়া তৌরি হায়বা

মতম অসিদা মণি চেয়ার অমদা ফম্লি। মহাক্কা হন্না ফাওবা য়েংথোরকুনা হায়রকই,—কনানো চংলকউ।

লাইরবা নিপা অদু কা অদুগী মন্থংদা চংলক্লগা মণিগী মনাক্তা লেপ্লে। হায়রকই—মরুপ, ঐনিনে!

মণিনা নিপা অদু মুন্না য়েংলদুনা হায়রকই,—ঐ নংবু নশক খঙ্‌বা ঙমদ্রে ন কননো?

লাইরবা নিপা—ঐ ইবোচানি। চহি অহুমলোমগী মমাংদা নোংমা বাবুনা লুপা য়াম্না য়াউবা সুটকেশ অমা পুদুনা ঐথোয়গী য়ুমদা লাক্লগা অহিং অমা লৈবিথিবদু কাউবিরবরা? ঐনা বাবুবু অঙাং ওইরিঙৈদা চাক চাকলুক অমত্তদা চামিন্নদুনা তিন্নখিবা মরুপ্নি হায়দুনা চংজফম পীখিবনি। অদুগ বাবুনা হায়বা মতুংইন্না ঙসি ফাওবা অহিং অমা লোন্না ঐখোযগী য়ুমদ লেকপিখিবদু কনাদসু তমজদ্রিবনি। অহিং অমা লোংদুনা লৈহনখিবা অদুদা হরাওদুনা বাবুনা চৎলমদাইদা তৌবিমল ওইনা ঐদে ন্দা শেল খরা পীগে নোংমা হেক্তা বাবুগী নাক্তা লাকউ হায়বিংমদু নিংশিংবিদ্রবরা? ঐ হৌজিক মমাংঙৈদগী হেন্না শাথীনা নংলদুনা বাবুগী নত্তেং খরা ফংজগদ্রা খন্দুনা আশা কয়াগা লোইননা লাকচরিবনি।

ঙসি তারবদা য়াম্না শাউনা মণিনা লুপা তরাগী নোট অমা ইবোচাদা পীরে। মদু লৌরগা ইবোচানা হায়রকই,—লুপা তরা অসিতনদি ঐগী অৱাংপা কোম্নজদ্রে। য়ামদ্রবদা লুপা চাম্মতদি শুনা পীবিয়ুনে বাবু!

মণি—হৌজিক্তি লৈতে * হুয়েং অয়ুক পীগে।

ইবোচা—লম অসিদা খঙ্নবা অতোপ্পা কনাস্ত লৈতবনা ঐগী লৈফম লৈজদে।

মণিনা চে মচেৎ অমদা করিনো থরা ইরগা মঙোন্দা পীরে। হায়রকই—মসি মেনেজরদা পীরু। মহাক্না শোইদনা নংগী লৈফম কা তাক্লক্কনি।

ইবোচা মণিগী মফমদগী বিদায় লৌরগা কা অতুদগী থোকখ্রে।

# ১৪

সন্ধ্যা মতুংনি !

ইবোচা সেবা হোটেলদগী থোরক্লে। মহাক নোংপোক পাংনা খরা চৎলগা নাকল অনিদা উ-রা কুক কুক ইন্নবা হৌবা মথা পাংনা চৎখ্রিবা য়'ম্না খুববা অমনবা লম্বী অমগী মতু-ইন্না চৎলি।

নো'পোক থংবা চৈংগী ন পো'মদগী মণ্ডল-মশেক্ক লোইননা থাজ তপ্না তপ্ন থে চদে'ই হুল্লক্লে।

মতম অসিদা ইবেচানা ল'প্লক্লা উরে, মাংদা ফিমু শেৎপা, ফিমুনা খদাংচেৎ লাকপা নিপা অম' তু'-মা' হন্না হন্ন' য়েংলহুনা চৎলি। ইবো'চা য'ম্না চোকশিন্না মা দা চৎলিবা নিপা অদুগী মতু' লে'ন্না ইন্নরি। নিপা অদু উ-রা অমত্তা হৌদবা ইকে ক-কোকপা চৌং অমগী চৈংদোল তম্না কাবি। মহাক্ল' চী দে ল যৌবকপদা উরে, চৈংদোল অদুগী হাইফেৎ লৈতেম মান্নবা মফম অমদা ম'ধবন লৈনুংদগী উপুগুম্বা অমা লৌথোরক্লি। নিপা অদুন' য়'ম্ন' নক্লা চ'শিল্লগ নু'ঙ্গাও অমগী মরুমদা থুপ্লহুন' ম'ধবনা তৌরিব অদু লে ন্ন, য়েংলি। ইবোচাসু নুংঙ্গাও অমগী মরুমদা লে'ৎলহুনা লৈররে।

মতম অসিদা মাধব শ উনগী স্যুটকেশ অম' রুমালনা য়াম্না শেংনা তৈথোক-নাম্থোক্লি। মহাক্লা স্যুটকেশ অদু মখুম হাংদোক্লগা লুপা লিশিং অমগী নোট মপুল অমা লৌথোরক্লে। নোট মপুল অদু য়েংলহুনা মতোমতা হায়জরকই,—রাঘব ! নং ঐভোন্দগী হেন্না তমথীবা ডাকু ওইরম্বা য়াই। অদুবু নং ঐগীদি থৌজাল হৈরবা ঈশ্বরনি ! নংনা

লুপা লাক্ষ অহুম অসি মধুদগী মুল্লমদ্রবদি ঐনা ওসি অসুক মুংঙাইবা ফংলিবসি ফংলম্লোই।

ঙাইহাক লৈরগা মহাক্না নোট মপুল অহু পকেটতা হাপচিনখ্রে। অহুগা মহাক্না সুটকেশ অহু মখুম খুমজিল্লগা অমুক ফুমহুনা থমগদবগী হোৎনরিভৈ খুদক অহু মক্তদা ফিমু শেৎপা নিপা অহু মমাংদা পিস্তল শিংলহুনা লেপ্লবে। নিপা অহুনা হায়রকই—মাধব! শেল অহু ঐগীনি। মহু ঐন মধু অমস্তং স্নাজাও বা'বুবু মতম কুইনা য়াম্না ব্লানা কুপশেল শেল্লকপদগী ফংখিব ঐগী অরানল'ন।

সুটকেশ অহু পায়হুনা হৌগৎলগা মাধবন' খোঞ্জেল নিক্না হংলকই,—নহাক রাঘব ড কুরা?

ফিমু শেৎপ নিপা অহুনা হায়রকই—মহু হংবগী দরকার লৈতে।

মাধব—রাঘব! ঙাকাপিয়ু, ঐ নংগী নফমদা লানখ্রে। হৌজিক্তি শেল অসি লৌরো।

অসি হায়রগা মহাক্না খওহৌদনা বাঘবকী মখুৎতগী পিস্তল অহু সুটকেশনা থাহুনা কম্হখ্রে। পিস্তল অহু ব্লাংলবা থেল অহুদগী ওস্তখিহুনা লোকখাদা তা'খ্রে। অহুবু সুটকেশ অহুদি রাঘবনা মাধবকী মখুৎতগী মুনখ্রে। মখোয় অনিনা মুন্নবদা সুটকেশ অহু লৈমায়'থক্তা তাখ্রে। অহুবু মখোয় অমনা অমবু থাদোক্কে নিংনখিদ্রে। অস্তম্না শামান লেংমাম্নরবা মখোয় অনি হক্‌থেংনবা লানফমদা অকনবা লাম্ভেংনরি। অমনা অমগী মথক হেক থংবদা অমনা অমুক হেক ওনথৎলকই। অহুগা মখোয় অমুকম্ন ফুক-ফুক হেক হৌগৎলগা অফং-অফংবা মফমদা অকনবা শাফু অমগা লোইননা কিম্না নমথিন-নমথিন থিম্নরি

অমস্তুং খুদ্নম্না শুনরি। রাঘবকী অশেংবা শক্তমবু লোৎশিন্দুনা থাম্লবা খদাংচেৎ অদু নাম্থোকখ্রে।

মতম অসিদা খংহৌদনা মিৎকুপ অমত্তুং মখোয় অনিগী মাই-থোংদা লংলবা মঙাল অমনা য়ৈররে। অদুবু মখোযদি অমনা অমগী মথক্রায় চুপকদবগী হোৎনবদা মঙাল অদু উদ্রমাল্লে! অস্তুম্না মখোয় অনি য়াম্না কুইনা য়ৈনরবা মতুংদা রাঘবনা লাকচরক্লে। মাধব রাম্থনা লৈমায় থক্তা লোংনা হাইথখ্রে। জ্ঞান মাংলবা মাগী হকচাং অদু রাঘবনা ওম্লবা থেল অদুদগী লোকখাদা ইম্থখ্রে।

রাঘবনা নাপলগা লোইননা মতোমতা হায়জরকই.— মাধব! ঐগী অরামলনা লুংডাইনা নপূন্সি লেনগে থোরাংবগী মহয়না নং অরেম্বদা নথক্রায় মাংজরেদো। নথক্রায় মাংলমদাইদা ঐগী অশেংবা শক্তম উজবা ফংখ্রবাননা নংগী আত্মা অদু মুক্তি ফংলগনি!

মাধব অমস্তুং রাঘব থৈনরিডৈদা ইবোচানা সুটকেশ অদু মনাক্তা লোম্না চিংশিল্লগা মহুদা য়াউরিবা নোট মপুনশিং অদু লৌথোকখি। অদুগা মহাক্তা সুটকেশ অদু উনা পিক্থম্না হাপচিল্লগা হাম্নগী মফম অদুদা থমখি।

রাঘবনা লৈমায় থক্তুগী খদাংচেৎ অদু লৌখৎলগা লাক্শিনখ্রে। অদুগা মহাক মনাক্তা তাদুনা লৈরিবা সুটকেশ অদু পুদুনা চৎখ্রে। মাগী মতুং ইন্দুনা থরা চৎলগা ইবোচা উ অমগী মরুমদা লৈশিন্দুন। লৈখ্রে। শুক্লবা মফম অমদা রাঘব চংশিনখ্রে। মহাক মফম অদুদগী থোরক্লে।

## ১৫

ইবোচা সেবা হোটেলদা অমুক হল্লক্লে। মতাক কুমারগা অচিকপা কা অমদা উন্নরে। কুমারগী মফমদগী ইবোচা মণিনা পীবকপা চে অত্ত মেনেজরদা পীকবদা অহিং অমা লৈননবগী দমক্তা ফংলিবা কা অত্তগা থংনবা কাদা মণিগী খুজিল-থৌবাংনা মঙোন্দা অকুপ্পা মিৎয়েং চংননবগী দমক্তা নিপা অমা লৈরে হায়বা যান্না মুন্না খঙলে। মাগী মনাকোংদা কবিনো থরা হায়রবন্নগা যান্না থুন্না কুমার কা অত্তদগী থেংক্খ্রে।

ইবোচা মাগী কাগা থংনবা কা অত্তদা চংলক্লগা নিপা অত্তগা উন্নররে। নিপা অত্তগা ঙাইহ্‌'ক রারী শানরবা মতুংদা মহাক্তা হংলকই;— য়ু ফংলোইদ্রা ?

নিপা অত্তনা খুন্নকই—করিগী ফংদনি!

ইবোচানা হায়ব' মতুং ইন্না নিপা অত্তনা হোটেলগী কর্ম্ম-চাবী অমবু মখোযনা থরুবা য়ু লিক্লি অনি লৌহল্লুরে। কর্ম্মচারী অত্ত চৎখিবগা মখোয় অনি ইবোচাগী ক'দা চংলক্লগা ফম্মুংদা ফম্লত্তনা য়ু থক্লি। অত্তবু ইবোচাদি থক্তে, নিপা অত্ত উহন্দনা মতুং-লোমদা লোন্না হৈদোকই। মহাক্তা নিপা অত্ত য়ু ঙাওহনগে খন্দুনা য়ু য়ান্না পিথরুবা হোৎনরি। নিপা অত্ত য়ু কা হেন্না থকমন্‌খিবনা য়ুগী নেশানা য়ান্না শাথীনা ঙাওরক্লে। ঙাইহাক্ লৈরগা মহাক জ্ঞান মাংলত্তনা ইবোচাগী ফম্মুংদ' তুমথখ্রে।

অমস্তুং খুত্নম্না শুনরি। রাঘবকী অশেংবা শক্তমবু লোংশিন্দুনা থম্লিবা থদাংচেৎ অদু নান্থোকখ্রে।

মতম অসিদা খংহৌদনা মিৎকুপ অমত্তং মখোয় অনিগী মাইথোংদা লংঙবা মঙাল অমনা য়ৈররে। অদুবু মখোয়দি অমনা অমগী মথরায় চুপকদবগী হোৎনবদা মঙাল অদু উত্রমাল্লে! অস্তুন্না মখোয় অনি য়াম্না কুইনা য়ৈনরবা মতুংদা রাঘবনা লাকচরক্লে। মাধব রাম্থত্নুনা লৈমায় থক্তা লোংনা হাইথখ্রে। জ্ঞান মাংলবা মাগী হকচাং অদু রাঘবনা ওম্লবা থেল অদুদগী লোকখাদা ইস্থখ্রে।

রাঘবনা নাপলগা লোইননা মতোমতা হায়জরকই.— মাধব! ঐগী অরামলনা নুংঙাইনা নপান্সি লেনগে থৌরাংবগী মহমনা নং অরেম্বদা নথরায় মাংজরেদো। নথরায় মাংলমদাইদা ঐগী অশেংবা শক্তম উজবা ফংখ্রবাননা নংগী আত্মা অদু মুক্তি ফংলগনি!

মাধব অমস্তুং রাঘব যৈনরিঙৈদা ইবোচানা স্যুট্‌কেশ অদু মনাক্তা লোম্না চিংশিল্লগা মত্নুদা য়াউরিবা নোট মপুনশিং অদু লৌথোকখি। অদুগা মহাক্তা স্যুট্‌কেশ অদু উনা পিক্থন্না হাপচিল্লগা হান্নগী মফম অদুদা থমখি।

রাঘবনা লৈমায় থক্তগী থদাংচেৎ অদু লৌখৎলগা লাক্‌শিনখ্রে। অদুগা মহাক মনাক্তা তাত্নুনা লৈরিবা স্যুট্‌কেশ অদু পুত্নুনা চৎখ্রে। মাগী মতুং ইন্দুনা থরা চৎলগা ইবোচা উ অমগী মরুমদা লৈশিন্দুনে। লৈখ্রে। শুক্লবা মফম অমদা রাঘব চংশিনখ্রে। মহাক মফম অদুদগী থোরক্লে।

# ১৫

ইবোচা সেবা হোটেলদা অম্বক হল্লক্লে। মহাক কুমারগা অচিকপা কা অমদা উম্নরে। কুমারগী মফমদগী ইবোচা মণিন' পীরকপা চে অত্ত মেনেজরদা পীরুবদা অহিং অমা লৈননবগী দমক্তা ফংলিবা কা অত্তগা থংনবা ক'দা মণিগী খুজিল-থৌরাংনা মডোন্দা অকুপ্পা মিৎয়েং চংননবগী দমক্তা নিপা অমা লৈরে হায়বা য়াম্না মুন্না খঙলে। মাগী মনাকোংদা কবিনো খরা হায়বম্লগা য়াম্না থুম্না কুমার কা অত্তদগী থে'ক্খ্রে।

ইবোচা মাগী কাগা থংনবা ক' অত্তদা চংলক্লগ' নিপা অত্তগা উন্নররে। নিপা অত্তগা ঙাইহ'ক রারী শানরবা মতুংদা মহাক্না হংলকই;— য়ু ফংলোইদ্রা ?

নিপা অত্তনা খুম্লকই—করিগী ফংদনি!

ইবোচানা হায়বা মতুং ইন্না নিপা অত্তনা হোটেলগী কর্ম্ম-চারী অমবু মখোয়না থক্লবা য়ু পিক্লি অনি লৌহল্লুরে। কর্ম্মচারী অত্ত চৎখিবগা মখোয় অনি ইবোচাগী ক'দা চংলক্লগা ফমু'দা ফম্লত্তুনা য়ু থক্লি। অত্তবু ইবোচাদি থক্লে, নিপা অত্ত উহন্দনা মতুং-লোমদা লোন্না হৈদোকই। মহাক্না নিপা অত্ত য়ু ঙাওহনগে খন্দুনা য়ু য়াম্না পিথক্লবা হোৎনরি। নিপা অত্ত য়ু কা হেন্না থক্মন্খিবনা য়ুগী নেশানা য়াম্না শাথীনা ঙাওরক্লে। ঙাইহাক্ লৈরগা মহাক জ্ঞান ম'ংলত্তুনা ইবোচাগী ফমুংদ' তুমথখ্রে।

× × ×

নোংযাই মতুংনি! মীচিক্ মীরাওথোল তাখিদ্রবা থেংলবা অহিংনি। মতম অসিদা মণি অমসুং অচৌ ইবোচাগী তুম্ফম কাগী থোঙ্ খুৎলাইগী মতেংনা য়াম্না লাইনা হাংদোক্লগা ইমুংদা চংশিনখ্রে। কা অদু শুকশুনা মম্বনা মখোয মশানা মশাবু উবা ফংদে। অদুবু টর্চলাইট্কী মতেংনা মখোয ইবোচাগী ফমাংদা চংশিল্লক্লে। ফিরুক খুম্লদুনা তুম্লিবা অদু ইবোচা নত্তে, মখোযগী মীনি হায়বা মখোয খঙদে। তুম্লিবা নিপা অদু হাংকদবগী অচৌনা ছুরী মখুৎ চেৎনা পায়রদুনা হাইগৎলক্লে।

খুদক্ অদু মকুদ খঙহৌদনা কা অদু পুমঙাল-ঙাল্লকপগা লোইননা কনানো অমনা অচৌগী মনঙ্গলদা পিস্তল মতোল থম্লদুনা লাউরকই;—খুৎলাই থাদোকউ!

উপায় লৈত্রদুনা অচৌ ছুরী থ'দোক্লে। মতুংদা পিস্তল পায়দুনা লেপ্লিবা নিপা অদু সব ইন্সপেক্টরনি। কন্সটেবল অনি চংশিল্লক্লগা মণি অমসুং অচৌ মখোয় অনিমক হাতকড়া চল্লরে। অদুগা ইবোচা হাংননবা শিনবা য়াউরিব, তুম্লিবা নিপা অদুসু হৌদোক্লগা হাতকড়া চন্‌শিল্লরে। মতম অসিদা ইবোচা মণিগী মনাক্তা চংশিল্লক্লে। মহাক্না মণিদা মুন্না যেংলদুনা হায়রকই,—মণি! ঐবু খঙবা ঙমবরা য়েংউ।

মণিনা হায়রকই—খঙই, নং লৌনম চাউবা ইবোচানি।

ইবোচা—নত্তে, ঐ ইবোচা নত্তে! মরাইবক থীরবা ইবোচা অদুদি ঐবু কম্লনবা হোৎনবদা মাধবনা শুরুং মন্নুংদা হাংখ্রে।

উক্পা অমসুং চিংননা মণিনা হংলকই,—অদুদি নং কনানো ?

ইবোচা—নংনা মরাল লৈজদবা মী কয়াবু মরল-মথুম মুন্দুনা ওৎ-নৈখিবগী লমন্দি মতুনি খঙ্‌লবরা ? ঐবু য়াম্না মুম্না খঙ্‌নিংলবদি হায়বিগে তাঙ্জো ! চহি অহুনলোমগী মমাংদা নোংমা অয়ুক পুং মাপললোম তারবা মতমদা সরোজিনী কোবী নুপী, মচা অমগী মফমদগী নংনা রাঘব ডাকু শাশিন্নদুনা লুপা লিশিং কুন্ মুনবতা নত্তুনা মশাদা পক্‌পা লিক-কোল পূম্নমক্ত থৎখিবদু নিংশিংদ্রবরা ? নুপী মচা অদুগী মবুং ইন্সপেক্টর চন্দ্রকিশোর অদু ঐনি ! (সব ইন্সপেক্টর য়েংলদুনা) কুমার ! শাদগীসু হেন্না তোল্লবশিং অসি মফম অসিদগী থুনমক পুথোকখ্রে ।

× × ×

নোংযাই মতুংনি! মীচিক্ মীরাওখোল তাখিদ্রবা থেংলবা অহিংনি। মতম অসিদা মণি অমসুং অচৌ ইবোচাগী তুম্ফম কাগী থোঙ্ খুৎলাইগী মতেংনা যান্না লাইনা হাংদোক্লগা ইমুংদা চংশিন্খ্রে। কা অত্তু শুক্শুনা মম্বনা মখোয় মশানা মশাবু উবা ফংদে। অত্তবু টর্চলাইট্কী মতেংনা মখোয ইবোচাগী ফমাংদা চংশিল্লক্লে। ফিকক খুম্লত্তুনা তুম্লিবা অত্তু ইবোচা নত্তে, মখোযগী মীনি হায়বা মখোয খঙদে। তুম্লিবা নিপা অত্তু হাৎকদবগী অচৌনা ছুবী মখুৎ চেৎনা পাযরত্তুনা হাইগৎলক্লে।

খুদক্ অত্তু মক্তদ খঙ্হৌদনা কা অত্তু পুম্ঙাল-ঙাল্লকপগা লোইননা কনানো অমনা অচৌগী মনঙ্গলদা পিস্তল মতোল থম্লত্তুনা লাউরকই;—খুৎলাই থাদে কউ!

উপায় লৈত্রত্তুনা অচৌ ছুবী থাদোক্লে। মতুংদা পিস্তল পায়ত্তুনা লেপ্লিবা নিপা অত্তু সব ইন্সপেক্টবনি। কন্সটেবল অনি চংশিল্লক্লগা মণি অমসুং অচৌ মখোয় অনিমক হাতকড়া চল্লরে। অত্তুগা ইবোচা হাৎননবা শিনবা য়াউরিব, তুম্লিবা নিপা অত্তুসু হৌদোক্লগা হাতকড়া চন্শিল্লরে। মতম অসিদা ইবোচা মণিগী মনাক্তা চংশিল্লক্লে। মহাক্না মাণদা মুন্না য়েংলত্তুনা হাযরকই,—মণি! ঐবু খঙ্বা ঙমবরা যেংউ।

মণিনা হায়রকই—খঙ্ই, নং লৌনম চাউবা ইবোচানি।

ইবোচা—নত্তে, ঐ ইবোচা নত্তে! মরাইবক থীরবা ইবোচা অত্তুদি ঐবু কন্নবা হোৎনবদা মাধবনা সুরুং মনুংদা হাৎখ্রে।

ঙক্লা অমস্তুং চিংননা মণিনা হংলকই,—অতুদি নং কনানো ?

ইবোচা—নংনা মরাল লৈজদবা মী কয়াবু মরল-মথুম মুন্দুনা ওৎ-নৈখিবগী লমন্দি মতুনি খঙ্‌লবরা ? ঐবু য়াম্না মুম্না খঙ্‌নিংলবদি হায়বিগে তাজো ! চহি অহুমলোমগী মমাংদা নোংমা অযুক পুং মাপললোম তারবা মতমদা সরোজিনী কৌবী মুপী মচা অমগী মফমদগী নংনা রাঘব ডাকু শাশিন্নহুনা লুপা লিশিং কুন্ মুনবতা নত্তুনা মশাদা পক্‌পা লিক-কোল পূম্নকস্ত থৎখিবহু নিংশিংদ্রবরা ? মুপী মচা অতুগী মবুং ইন্সপেক্টর চন্দ্রকিশোর অতু ঐনি ! (সব ইন্সপেক্টর য়েংলহুনা) কুমার ! শাদগীসু হেন্না তোল্লবশিং অসি মফম অসিদগী থুনমক পুথোকখ্রে।

# ১৬

অয়ুক পুং তরেৎ তারবা মতম্লি ! অশোক হোটেলগী অচৌবা কা অমদা হোটেল অদুগী প্রোপ্রাইটর, ইবোপিশক্চিংবা মরু ওইবা কর্ম্মচারীশিং, মধু, চন্দ্রকিশোর, সরোজিনী, বিনোদিনী অসিনচিংবা মী কয়া ফম্লি। ডসি অয়ুক অঙনবদা কা অসিদা খদাংচেৎনচিংবা ফিমুগী ফিজোল অমা তাদুনা লৈরম্বা প্রোপ্রাইটরনা থেংনখি। খুদোংথীবা থোকত্রা চিংনদুনা মযাম খন্নরিবনি। করিগুম্বা খুদোংথীবা অমত্তা থোক্লোই হায়দুনা চন্দ্রকিশোরনা ময়ামগী চিংনবা অদু কোক্কবা হোৎনরি।

ঙাইহাক লৈরগা চন্দ্রকিশোরনা ময়ামদা হংলকই,—কনাগুম্বনা 'সিদা ফম্লিবী বিনোদিনী কৌবী নুপী মচা অসিগী মরি-মথোং খঙবিবরা ?

রাহৈ অসি তারবদা বিনোদিনী মরু লুকথরদুনা ঈকাই-নুংশি য়াম্লনা থোঞ্জেল থোক্তুনা কপ্লক্লে।

হোটেল অসিদা ভাড়'দা লৈরিবা নবচন্দ্র কৌবা পাখং অমনা হায়রকই,—ঐ বিনোগী মরি-মথোং মুন্না খঙই। মহাক মাধবকী মচল নত্তে। থৌবাল কৈথেল ময়াদা লৈরম্বা ঈনাক খুনবা গোপাল কৌবা ভদ্রলোক অমগী মচা নুপীনি। বিনো নত্তনা মাগী অতোপ্পা মচানিপা-নুপী অমত্তা লৈতে। বিনোবু পোক্লম্বা অহল অনি অদু মাগী রাখলনা কপ্পতনা তমথীরবা লৈনা অমা ওইথিদুনা সংসার রাংমা লানখ্রে। ভদ্রলোক অদু লৈখিদবা চহি ফারক্লে। মহাক্না থনম্বা উইলগী মতুং ইন্না মহাক শিখিবা চহি অনিগী মমুংদা থিবা ফংলবদি বিনোদিনীনা মপাগী

সম্পত্তি শরুক অহুম থোকপগী অনি ফংগনি। অতুগা ভদ্রলোক অতুগী ময়াম্বগী মচানিপা রাজেন্দ্রকুমারনা অরেম্বা শরুক অতু ফংগনি। বিনোবু থিরকপা মী অতুদা পীনবা লুপা লিশিং মভা তোঁডাম্না থনমই। চহি অনিগী মনুংদা থিবা ফংদ্রবদি রাজেন্দ্রনা সম্পত্তি পুম্নমক্কী মপু ওইগনি। করিগুম্বা চহি কয়াগী মতুংদবু ওইরবস্থ থিবা ফংলবদি রাজেন্দ্রনা বিনোদা মাগী ফংফম থোকপা শরুক অতু পীগদবনি। যুগোল কৌবা হুরানবা অমগা গোপালগা করিগুম্বা অমদগী য়েংথিনাথ। যুগোলনা গোপালবু মচাগী মৈচাক ফংহন্দুনা লমন খুমগে থনখি। মরম অসিনা মহাক্কা চহি মরি ফাওবা মপুং ফাজদ্রিবী, অডাং ওইরিবী বিনোবু হুরান্দুনা ককচিংদা পুতুনা চংখি। মহক্কী অশেংবা পরিচয় লোংলতুনা হুরানবদা হৈ-শিংলবা অহল অমগী য়ুমদা চহি তরুক লৈরমই। মতম অতুদগী মহাকপু মাধব হায়না খঙনরিবসিনি। খুঙ্গং অতুদা লৈবা ঈনাক খুনবা গুলামজাৎ কৌবা নিপা অমা হাৎলগা মহাক্কা মরল-মথুম য়াম্না মুনখি। অতুগা মহাক বিনো পুতুনা চীংলৈবাক অসিদা চেল্লক্লগা লোংখিবনি। 'সিদা ফম্লিবী মুপী মচা অসি গোপাল বাবুগী মচানি হায়বা ঐ য়াম্না মুন্না খঙজরে। অতুগা মতিক চারবা প্রমান কয়াম্থ ফংজরে।

চন্দ্রকিশোর—খুদম করি লৈবগে ?

নবচন্দ্র—খুদমগী দমক্তি চিংনবিগন্থ। বিনোদিনী মাংখিবা অহিং অতুদগী যুগোল লোংখ্রবনি। মসিদা নত্তনা অতোপ্পা খুদম কয়াম্থ লৈ।

চন্দ্রকিশোর—গোপাল বাবুগী মচা মুপী মাংখ্রে হায়বা তাবদা য়েংথিনবনিনা মঙোন্দা তায়নরক্কপ্রা চিংনতুনা যুগোল ময়ুম থাদোক্কুনা

চৎখিবা ওইরগনসু য ই ! অদুগা 'সিদা ফম্লিবী নুপী মচা অসি মরিনতাগী মচল ওইরোই হায়নিংঙ ই লৈতে।

নবচন্দ্র—গোপালগী মমিং থাবা রধা-কৃষ্ণ মূর্ত্তি য়েকপা সনাগী লিক অমা মাধব হয়বদি যুগোলগী ইমুংদগী ফংই। মদু বিনোগী লৈক্লি।

চন্দ্রকিশোর—বিনে গোপালগী মচানি হায়বা নংদি অশেংবা খঙলম্বা য়াই। অদুবু লিক অদুনা মতিক চাবা প্রমাণ ওইরোই। অদুগা মাধবকী ইমুদগী লিক অদু ফংলকপনি হায়বগী খুদম অমত্তসু পীবা ঙম্লোই। অদুম ওইনমক ঐ মদু থজ্নর হাযনা খল্লো। অতোপ্পা মীনদি মদু থাজবোই। মনাগী মীহৌদুনা বিনো অসি গোপালগী মচানি হেক্তা হায়রিববা চিংনদবা ঙমদে। নহাক মীনম্বা ঙাদুনা লাইরবা কে কুবা থৌরংলিবরা ?

নবচন্দ্র—চন্দ্রবাবুগী ব্লাখল অদু অরানবনি। শেল পামদুনা বিনে থিবা নত্তে।

চন্দ্রকিশোর—ফরে, লিক অদু কদায়নো য়েংসি।

নবচন্দ্র পকেটতা মখুৎ হুমজিল্লগা মরু লুকথদুনা ফমথখ্রে। মাইথোং ইমক-মকশিল্লক্লে।

চন্দ্রকিশোর—তুম্মিন্না ফমথখ্রবদি কৈদৌরবগে ?

নিংবা কায়রবা নবচন্দ্রনা হায়রকই,—ঐনা ফনা অচুম্বা হায়দুনসু থাজররোই।

চন্দ্রকিশোর—করিগী ?

"লিক মাংখ্রে !" অসি হায়রদুনা নবচন্দ্র মপী ঈরা চেল্লক্লে।

চন্দ্রকিশোর—কমদৌনা ?

নবচন্দ্রনা শোম্থাংননা হায়রকই—খঙদে !

চন্দ্রকিশোর—নহাক্কা হায়বিবসি মীনম্বনি হায়বগী খুদম নশানা পীজরেদনা ! মনা প'মহুনা মীনম্বা ঙাংলিব'ন হাযবা মীপুম খুদিংমক্কা খঙলবনি । হৌজিক্তি অমুক মীনম্বা ঙাংলগন্তু ।

অশাউবনা নবচন্দ্রগী থম্মো'য় খুত্তম চনখ্রমাল্লে ! মমিত্তা ঈ কা'রক্লে । হায়বকই—মীনম্বা নত্তে, ঐনা হায়বিবসি অচুম্বনি । ঐ কনানো খঙদ্রিমাল্লে ! খঙনিংলবদি—

ৱা ময়াইদা থ'ংলহুনা চন্দ্র'কশোবনা হয়ারকই.—খঙই ! নহাক নবচন্দ্র নত্তে, ইন্সপেক্টব রাজেন্দ্রকুমরনি হায়বদি বিনোগী মবুং ! লিক অহু চ্যেকশিনমন্দব' অহু উবদা অকনবা ৱা খরা হায হায়হুনা ৱা'রৌবিগন্তু । ( লিক অমা রাজেন্দ্রকুমারদা হায়বদি নবচন্দ্রদা পীরগা ) মাধবনা ইবোচা হাৎলবা মতুংদা ঐবু অতোপ্প' ক.জাও অমদা থমই । যিমু শেৎপা খদাংচেৎ লাকপা নিপা অমনা পোঙ ঙাক্লমই । মাগী খুৎনাওবীদা শিরিবা খুদোপ অহু উবদা খঙহৌদনা চিংনবা পোক্লমই । মনাক য়োৱকপা মক্তদা মহাক কনানো হাযবা নিংথিনা খঙলমই । কা অহুগী মনুংদা চংলমদাইদা তুশিন্নহুনা মঙোন্দা থে'ই । খুদক অহু মক্তদা লিক অসি শৎপনি । কবিগুম্বা লিক অসি মাধবনা উথিবা থোক্লবদি শোইদনা মহাক খুদোংথীবা ফ'গনি ।

ৱা ঙাংবা লোইরম লোইফাৎত্রিভৈদা রাজেন্দ্রকুমারনা হায়রকই, —লিক অসি মঙোন্দা য়াঙই হায়বা করম্না খঙবগে !

অসি হায়রহুনা মহাক্কা চন্দ্রকিশোরদা ঙক্লবা মিৎয়েংনা য়েংলকই ।

চন্দ্রকিশোর—লিক অত্তুগী মরি পকেটতগী লিংথোক্তুনা লৈরমই। ঙাইহাক তুম্মিন্না লৈরগা মহাক্ন' অমুক হায়রকই, থোংঙাকপা অত্তুগী যেং থংবা খোংঙুপ্তা ঈ অকংবা পকপা উরমই। মত্তু উবদা মহাক মাধবকী ইমুংদা এৈন' চংলুদ্রিংঙদা চংলুই হাযবস্তু খঙবা ঙম্লমই। মফম অত্তুদা রাজেন বাবুন' থোংঙাকপা ওইরম্বা অত্তুগী মরম হায়দোকপা মতম চাদ্রিবরা ?

রাজেন—সন্ধ্যা মতুংদগী ঐহাক মাধবকী য়ুময়াগী লৈকোলদা লোংতুন লৈ। বিনোদিনী করিনো' ময়ে'ম অমা পুরত্তুনা জঙ্গললোমদা চংখি। মখো'য চংখ্রবা মতুংদা' ইমুংদা চংগে খন্দুনা পরপ-পরপ চংশিনবদা থোঙ শো লো'ন্দুনা লৈরমই। বিনো থোকখিবা য়েন্নথা অদোমদা চংলুবদা' ফক্লাং ওহোবা অমা থেংনৈ। মত্তদা লিংশিন্দুনা ইমুংদা চংই। অমম্বদা মারত্তুনা মাধবকী যমুং ময়াদা চংলুবদা খঙহোদন' মচেক নাইবা যোংকুম্ব' অকনব' অমদা থেংজিন্দুনা য়েংথংবা খুকুট-দগী শত্তুম মচেং অমা তংখি। থুনা লময়াইদা থোক্লগা ফম্লত্তুনা চৈনাখোল খাংই। রুমালনা অশোকপা অত্তু পুনশিল্লগা চৈংগং খেৎলত্তুনা মাধবকী ফমুং তম্না চংশিল্লি। মোন মখ'দা লিক অসি লৈরমই। চৈনাখোল খাংব' র'রত্তুনা ইমুংদগী য়াম্না থুনা থোক্লমই। লৈকোলদা চংলগা হিপ্লত্তুনা চৈনাখোল খাংই। খঙহোদনা ঐহাক তুমথখি। করিগুম্বা মখোল অমনা ঐবু মিংকপ থোকহনখি। ঐনা মিংকপ থোরকপদা য়েন্নথা মচি অমদা মাধবকা মণিগনা জ্ঞান য়াউদ্রবা নিপা অম' মখোঙ-মখুৎ পুনগদবগী হোৎনরমই। ঐ হৌগৎতুনা ফম্লগা মখোয়না ভৌরিবা অত্তু মুম্না য়েংই। থাবল ফবা অহিং ওইবনা

মখোয়না তৌরিবা পূম্নমক অদু নিংথিনা উবা ফংই। মাধবনা রাম্থরিবা নিপা অদু য়েংলদুনা অসুম্না হায়খি "খঙলবরা চন্দ্রকিশোর ? ঐগী ইকাদা য়েৎলবা কনা'মত্তা কারগুম্বদম্না ইখুত্তগী নাম্থোকখিদ্রে ! ইন্সপেক্টর ! নংবু হৌজিকমক্কি হাৎখরেই ” অাস তাবদা মখোয়গী মনাক্তা তুদুনা লৈরিবা অদু ইন্সপেক্টর চন্দ্রকিশোরনি হায়বা খঙলমই। করিগুম্বা উপায় অমনা মখোয়বু হিংনা নত্রগা শিনা ফাগে লেপ্লমই। অদুবু থংনবা মিৎকুপ্তা রাখল অদু মরু যনা মাংখ। অদুম্না মণ্ডল মণ্ডল খল্লিবৈদা মাধব অমসুং মণিনা ইন্সপেক্টর পুদুনা জঙ্গলগী লম্বীদা চৎখি। মখোয়না চৎথিবা মাইকৈদা ডাইহাক যেলগা মখোয়গী মতুং ইল্লি। খোঙ-লম্বী কয়া থাদোক্লগা তমথীরব শা লম্বী কয়াগী মতুং ইন্দুনা শুক্রবা জঙ্গল মরক্তা চৎপদা খোঙথাংবা থে ক্লমদে। খোঙথাং খুদং তু চুংই ! খঙহৌদনা অকিবা কয়া পোক্লমই। অদুবু ইচলগী মরি-মখোং নিংথিনা খঙবা য়াই অমসুং ইন্সপেক্টর কন্দবা য়াদে হায়বা রাখলনা অকিব', চিংনবা পূম্নমক মযে' তারক্কুনা পুক্কিংদা অনৌবা থৌনা অমা পোক্লকখি। খরা চৎলগা অচৌবা সুরুং অমা থেংনৈ। মদুগী মনুংদা মখোয় অনি চংখি। ঐসু মতুগী মনুংদা চংই। অদুবু মখোয় থিবা ফংলমদে। খরা চৎলগা কা অমগী থোঙজিল ময়াদা ফিমু শেৎপা নিপা অনি রারী শাদুনা লৈরমই। মখোয়না শারিবা রারী অদু তাবদগী ইবোপিশক কা অদুগী মনুংদা বন্দি ওইনা লৈ হায়বা খঙলমই। ডাইহাক লৈরগা নিপা অমা মফম অদু থাদোক্কুনা চৎখি। অদুগা লৈহৌরিবা অদু রাইফল ফক্লাংদা ডারগা ফমথখি। পুং অমরোমগী মতুংদা নিপা অদু ফক্লাংদা ডারদুনা ফুমথখি। মাগী মনাক্তা চংশিনবগা

ৱাইফল অহু ঐডোন্দ য়ানশিল্লি। মহাক্কী মখৱাংদা থৌরি মকোক অমা য়াল্লমই। ঐনা থৌরি অহু লৌথোক্লগা মখুৎ তুংবুন্নবা পুনশিল্লি। অহুগা রুমালনা মচিন খুমহুন' য়াম্না চেৎনা পুনশিল্লবা ফাওবা মহাক মিৎকপ থোক্তে। মখুৎ পুনবদ' লেমহৌব' থৌরি অহুন' মখোঙ অনি ক্রক-ক্রক লাকশিন্না পুনশিল্লি। মতম অহুদা মহাক মিৎকপ থোক্লক্নুনা নাম্থোক্লবা হোৎনরকই মহাক্কী মশাদা য়াউরম্বা পুম্নমক লৌথোক্লগা মাগী রুমালন মমিৎ খুমজিল্লহন পুনশিল্লি অহুগা মতম কুইনা শিজিন্নদ্রবা অমম্ব' ক' অমগী কাচিন্দা নিপা অহু থম্লগা থোঙ লোনশিল্লি। অহুদগী ঐ থোঙডাকপ' শাহুনা লৈবনি। অহিং অহুদা ঐনা ইবে পিশক্লা যোৎতেক অমা পীশি। মতম অহুদ' মহাক্লা ঐগী পারিচয় হংই চিংনব' অমন থম্মোয় খুহুম চনখিহুনা পবিচয় তাকখিদবনি। (ভাইহাক লৈরগ') ফিজেৎকী মরমদা ৱাহৈ অমম্ভা পানখিদ্রে। ঐ ফিম্লু শেৎলগা মাধবকী যুমদা চৎপনি।

পুম্নমক অসি তারবদা তাইবংপান অসিদা মাগীনি হায়বা কনা লৈতেকো খনবদা জন মাংলবা বিনোদিনী রাজেন্দ্রকুমার মবুংনি হায়বা তশেংনা খঙলবদা মাগী থম্মোয় লকাপুংদা ময়োল কংথ্রবা আশা কযাগী মযোল অমুক নোনা চোংখৎলক্লে। হৱাউবগী ভমথৈ লৈখিদ্রে। থম্মোয় লৈরাং খঙহৌদনা পোনশংনরক্লে! মুংঙাইবগী পীরাং শিন্থরক্লে।

ভাইহাক লৈরগা ৱাজেন্দ্রনা চন্দ্রকিশোর য়েংলহুনা হায়রকই,— মরাল লৈরবা মাধব হায়বদি যুগোলবু য়াবমথৈ থুনা ফনবা হোৎনবনা ঐথোয়গী ইথৌনি।

চন্দ্রকিশোর—তপথবিথো র'জেনবাবু ! ঙরাং অহিং নোংয়াই মতু'দা মণি, অচৌ, ক্রেহো মখোযগী কা'বু অমত্তা চিৎথদনা ফারে। অতুগা যুগোলদি ঙরাং অহিং র'ঘবনা চীংদোলদগী লোকখাদা ইস্থুনা হাৎখ্রে।

মতম অসিদ' কনা গুম্বনা বিনোদিনীগী মাইথোংদা মুন্না যেংশিন-বিরবদি হাইফেৎ মরু লুক্রুহুন' মাগী নিংথিজরবা মিৎলুদা পী ঈরা চেল্লিব' অসি উবা ফংবিগনি

চন্দ্রকিশোবন' মধুদা মুন্ন' যে'লহুনা হাযরকই,—ঐনা মতম কুইনা ক'ননব থৌরাংলক্লিবা র'ঘব ড'কু তৌজিক ফাওবা ফাব ঙমদ্রি : ময়ামগী মিৎতা উফুল চাইরহুন' মহাকস্তু কা অসিদা ফম্লি মহাক কা অসিদগী চেনখিনবা উপায় লৈত্রবনি। করি গুম্বা অসিদগী থোকখ্রবস্তু খুৎলাই পাযবা পুলিশকী মখুৎতা তারগনি খুরা ! যাথং পীবিরে, খুবাবু মাইথীবা পীহুন' লুপা লাক্ষ অহুম মুনখিবা রাঘব ড কু অহু ফাজরগে।

মধু রা মচেৎ অমত্তা ঙা'দন' তুমিন্না লৈখ্রে। খঙহৌদনা মহাক্কী মফি-মরোল হুমাংনা চোৎলক্লে ; মাগী মাইথোং অহু কাহৎখ্রে। হায়রকই—নং মাবু মশক খঙলববা ?

চন্দ্রকিশোর—খুরাগী থৌজালদগী মশক খঙজরে।

মধুনা পা'খৎপগা লোইননা হায়রকই,—অহুবু কা অসিদদি তমথীরবা ডাকু অহু লৈতেনা !

চন্দ্রকিশোরনা মধুবু হাতকড়া চল্লগা হায়রকই, রাঘব ডাকু ! অমুক লৌনম তৌগদবগী শরুক নশানা নশাগী নরা'ল য়াজবনা ফৈ।

থোদোক অতু উবদা কা অতুদা লৈরিবা মী খুদিংমক ইওক-ওক্লখ্রে।

শকফম হঞ্জিল্লদুনা মধুনা হায়রকই,—চন্দ্র ! নংবু ও'ওরবরা ? করিগীনো ঐবু হাতকড়া চল্লিবা ? অতক তমথীরবা ডাকু অহুবু ঐনি নিংবরা ? থাদোকউ, থুনা থাদোকউ !

চন্দ্রকিশোর—নং ফত্রবা রাঘবনি। ঐদি নংবু ইপামম্মি খঙ্গরম্বনি। অতবু নংদি মরুপ মশক খঙদবা শা ওইরম্মে ! ওয়াং হুমদাং নংগা মাধবক হয়বদ যুগোলগা শেল মুম্বনচিংবা পূম্মক লোৎতুনা যেই (মধুদা ছাব অমা উৎলদুনা) ফোটো অসি নখোয়না য়েনারইদবা এনা নমহৌবান। লুপা লাক্ষ অহুম নমথাক তেংবদ নত্তুন নংগী অনকপা খুঞ্জিল থোরং কয়া লোৎশিন্দুনা থম্বা য়াননবা ট্রেজরীদগী শেল হুবা অতুস্থ নংনি। সম্পত্ত পূম্মক মাংথদুনা লম্বীগী চারুবা ওইরবা ফংওবদা মীওইবা কয় মচাগী কুইম্মে য়েংদুনা অরু-অনা কয় থংবা ডাল্লিবান। অতবু নিংবা কায়রবা রাখল কমানা থম্মোয় চেংকথায়রবা পাবুংবু মচাগী মেচাক অমস্থ ফংহন্দুনা অরাবা পীগে খন্দুনা অমাদ নংগী তমথীরব নমথাক-লাং অতু খঙনরক্কত্রা চিংনদুনা কারবারগী মরমদা করিস্ত খঙদবা সরোবু নংগী ফত্রবা খুজিল থোরংনা মাঙদা থাবা ! নংনা অস্থম কয়া তোরমত্রবাদ ওসি ফাওবা পাদুং হিংলম্বা য়ই ! হপা কায়নবগী থাংওমদবা মৈচাক ফংহনবা তমথীরবা নংবু কাহুন লমন খুমগে রাশকাথিবা ওসাদি পাপেম লায়ে।

আস তারবদা মধু নক লুকৎখ্রে। র. মচেৎ অমতা চাংথক্লে।

লোইরবা

